# প্রাইশ্চিৎ

ইজবা—

মাইবম রামচরণ সিংহ

ফোংদবা—

কে, এস, ঐচ, তোম্বা সিংহ
কোংপাল।

 [ মমল লুপা ৩·০০

নম্ফ[illegible]—দি সরস্বতি প্রিন্টিং ৱার্কস, ইম্ফাল।

# লীলাদা চংগদবা মীশকশিং

নিপা ঃ—

নরেন ... ... ... ... ... ... ...জজ অহল চহি ৬০ শুরবা ;

প্রমদ ... ... ... ... ... ... উকিল ; নরেনগী মচা ; পাখং ;

প্রকাশ ... ... ... ... ... ... M. A. ( ফিলোসোফর ) নরেনগী মচাশক্লা য়োকচবা । পাখং ;

কালা ... ... ... ... ... ... ...নরেনগী মিনাই, পাখং ;

বিহারী ... ... ... ... ... য়াম্না লাইরবা অহল অমা ;

চন্দ্র ... ... ... ... ... ... ... জিরিদা লৈবা , অহল অমা ,

ঠাকুর শ্যাম ... ... ... ... ... মীযাই চল্লবা ;

অসিনচিংবা

নিপী ঃ—

পার্ব্বতি ... ... ... ... ... ... মীয়াইচল্লবী নিপী অমনি ; নরেননা খাইনদুনা হুপ্পেকপিরম্লবী নিপী অমনি ;

প্রতিমা ... ... ... ... ... ... লৈশাবীনি ; চহি অনি অহুম শুরকপবা কায়নগ্রবী পার্ব্বতিগী মচানিপীনি ;

যমুনা ... ... ... ... ... ... ...নরেননা মচাশক্লা য়োকচবা মচানিপী লৈশাবীনি ;

অসিনচিংবী

# "প্রাইশ্চিত"

## অহানবা শরুক

### ১বা উৎপা

য়ুম (পাব্ব্বতী)

মফম :—মাঙ্গোল, মতম :—অয়ুক

মাঙ্গোলদা টেবিল, চেয়ার থাহনা লৈরি; টেবিল মথক্তা লাইরিক ল ইশু খরসু লৈ, মাঙ্গোল নাকচিদা মোড়া অমসু লৈ; চন্দ্র খো.গালরোমদগী চংলকই, য়াম্না কে-মোনা চংলকই;

চন্দ্র—(অহৎ হায়না অনিবক অহনরক খোবেম্মী) মাখোইগী ইমুং আসিবু কনামত্তা লৈতবরনে? (ইমুংলোমদা ওনশিল্লগা) ইমুংসিবু কনা'মতা লৈতবরাও? কনা কনা লৈবগে—? ইবেম্মা পারু! হো, ইবেম্মা পারু!

পার্ব্বতি—(মঙ্গংদগী) হো কনানো?

চন্দ্র—(হরাওনা) হো ইবুংনে।

(পার্ব্বতি ইমুংদগী থোরকই)

পার্ব্বতি—তাদ ওইরে।

চন্দ্র—হ ... হ ... হ ... ইবেম্মা!

পার্ব্বতি—মোড়াদা লেংশিল্লু।

চন্দ্র—ফরে ফরে।

পার্ব্বতি করি থবক্তীনো তাদ?

চন্দ্র—নংগীদা লাকপবু ঐগী করি থবকপু লৈগদগে? নচা প্রমদ লো পাশ তৌত্না ওরাং থুংওরে হায়বা পাও ফংত্না মুংঙাইবা কোংদোকে হায়ত্না লাকপনি চিন-খা অসি খর থুমহল্লোদনা।

পার্ব্বতি—মশানা তাবনি তাদ।

চন্দ্র—হন্দক নচানা লো পাশ তৌরকপসে মমা ওইবী নতোমতনা পেনবা নত্তে। ঐখোইগী জিরি কৌবা লম অসিগী মী পূম্নমক্কী অপেনবা ওইরিবনি।

পার্ব্বতি—তাদ, লাইবক থিবী ঐগুম্বী অমনা পোকচবা ইচানা ওসি লো পাশ তৌরেকা হায়বসে মমা ঐঙোন্দদি মংগুম্না থোকইদো। পূম্নমক অসে তাদগী নপালদগীনিদো হায়বসে নচল ঐনা পুন্সিসিমগী কাওজবরোইদবনি

চন্দ্র—অত্থুগুম্বা রাখল খক খনগন্নু। কনানা কনাগী মপাল তাংবা মীওইবসে খক অরেপ্পা লৈতবনি। ঈশ্বরগী কৃপাদগী নচা লো পাশ তৌরে, নং ঐ মুংঙাইবে। বশ রা মখা তানি-ঙাই লৈত্রে।

পার্ব্বতি—তাদ, চহি কুনতরেৎ কুননিপালগী মমাংদা ওইবম্বা কিভম্ অত্থগা য়েংনরুরর্বাদ স্বর খজিকচং হোন্দোকপা কংলে হায়বা য়াই। ইচানা অসিগুম্বা থাক য়োৎরকনি অমদি ঐনা অসিগুম্বা কিভমদা লেপ্পকনি হায়বসি মংদা ফওবা খল্লমদে। য়ুম ইংখোস লৈজত্রবা ইমা-ইচাবু তাদগী নশাইকোন্দা চ জফম পিবীত্না ওসি ফাওবা মীওইনা হিংবা ওমজররক্লিবনি।

চন্দ্র—অমুক রাবা অমুক মুংঙাইবা হায়বসে ঈশ্বরগী খুৎশেমনি। হৌখিবা পুন্সিদা অরা-অনা কয়া মায়োক্নপ্রবস্থ হৌজিক্তি নচানা

মতিকচাব মীওই অমা ওইরবনিনা মুংঙাই-য়াইকবগী মঙাল থরদি ফাওরক্লেদনা।

পার্ব্বতি—তাদ, ঐগী ইপুরোইবা অতুনসু হন্দোকপিরম্বা মতম, তাদগী অসিদসু চংজকম ফংদ্রিবগী মরক মতম থর চহি অনি অহুম অহু ওস্থোক্লা রানা পুন্সি অসে লেল্লকখরেদা তাদ। মতম অতুদা ঐনা রাখিবা অমদি থুদোংথিবা নংথিবা পুন্নমক অতু নিংশিংলুরগা হৌজিক মং-হাগুম্বা থোকলি।

চন্দ্র—ইবেম্ম', অসুক কুইনা চহি ২৪। ২৫ অসি লৈমীন্নরক-পদি নংগী নপুবোইবগা নংগা কায়নখিবগী মরমদা ঐনসু নভোন্দা অমুক্তা রারী রাতাই শাখিদ্রি। হায়রু নংগী নপু-রোইবতু কনানো? করি লমদা লৈবনো? মতৌ করম্না মহাক্লা নংবু থাদোক্নুনা চংশ্রীবনো?

পার্ব্বতি—তাদ, ঐগী ইপুরোইবতু ইস্ফালদগীনি। মমিংনা নরেন কৌই; জিরি অসিদা সরকারগী থবক তৌতুনা লৈরম্মী; লৈাথদ্রবা পাবা অতুসু মাগী লোইশংদা চম্প্রাসিগী থবক তৌরম্মী; ইপাগা খ'নবা মীশক ওইবদগী লৈফম চাক্বম জুগোৎ চাদে হায়তুনা ঐখোইগী য়ুমদা লৈরম্মী; নক্কবগী অমদি লাইবক্তা তমখিবনা ঐ অসিবু মহাক্লা লুহোংতুনা লৌবিখি। ইমিস্তা ইচা অনি উরকপা মতমদা জিরি লম অসি থাদোক্নুনা ইস্ফালদা থবক হোংবা তারম্মী; প্রমদনা চহি মরি শুবকপা মতম, মচল অতুনা চহি অনি শুরকপা মতমদা জিরি থাদোক্নুনা চৎখি।

চন্দ্র— ভাইখো ভাইখো। নহাক্কা নপুরোইবগী মতুং ইহ্নৌডুনা চৎহ্নৌদবগী মরম করিনো?

পার্ব্বতি—মতমতুদা মাগী মতুংইন্দুনা চৎকে হায়বা মতমদা ঐ নখোইবু অমুক লৌরগে হাযডুনা মীনম্বা নমথাক রাহৈনা 'অপংবী নিপী ঐবু উৎ-চাইহুনা থম্বীরম্বনি। মহাক্কা ইম্ফাল য়ৌথ্রবা মতুং মুমিং তবেৎ-নিপালনি হায়রগা মহাক্কা ঐঙোন্দা চিঠি থারকখি—চিঠিগী মরোলদি পার্ব্বতি, নংগা ঐগা অমুক হন্না লৈমীন্নবা হাযবতু ওইবরোই মবমদি ঐগী অহল লমন্না· ঐগীদমক্তা মুপী অমা হান্নন-শিংনহুনা লুহোংগদবগী রা লোইনরম্লে। অহুনা অহল-লমনগী য়াথং ভাকপা তারে। নহাক ঐবু শাওগমু নহাক্কা ঐ অসিবু নপুবোইবনি হায়না খল্লবদি ঐগী অনীংবা লম্বীদা নংনা অপনবা ওইরগনু। নংসু নংগী কগদবা লম্বী অমা য়েংখরো। ইথ্রিবা চিঠিগী মরোল অসিনা অরেম্বনি; অমুক হন্না চিঠি ইরক্কুনা ঐগী নাকোং রাই চিলহনগনু। ইবকপগীসু কান্নবা ফংলোই।

চন্দ্র—অহুম হায়নমক ইরকখিবরা?

পার্ব্বতি—ইরকখি। চিঠিগী মবোল তাবদা অতিয়াসি কিন্থরক্কুনা কোকথক্তা ননবগুম অন্নাবগী ভমখৈ লৈরমদে। থম্মোই অসি কায়খিরম্মী।

চন্দ্র—(মুংশা খর মপি শাংবা হোল্লগা) মতমতুদা ইবেম্মখোইগী পাবনদি করি হায়খি।

পার্ব্বতি—করি হায়নি,—পাও অহু ফংবদা শাওবনা মৈ হোৌরম্মী; পাবনা ঐবু মাগী মনাক্তা থিনগনি হায়। মতমতুদা

ঐনা চৎলোই হায়না য়াখিদে—মরমদি মাগী মনাক ত'ন্না চত্তুনা ইকাইবগী মথক্তা মাইথিবা মায়য়োক্তরুবত্থু ঐনা পাম্মমদে। মহাক্না ঐবু কাওথোকপিরম্লবস্থু হুপ্লেক-পিরম্লবস্থু মপোক অসিমগীদি মহাক্না ঐগী ইপুরোইবনি হায়বসি কাওদ্রগা লোইরে—মাগী মাগী ধর্ম্মনি হায়না পাবগী অশাওবা হুংভাইতবা কয়া ঐনা থেমজিনখি।

চন্দ্র—উম খংলে লে.ইনা ভাব তারে। অত্থুগা নহাক্না হায়খিবা প্রমদতা নত্তনা নচানিপী অমস্থু লৈরম্মী হায়বত্থুদি ... ... ?

পার্ব্বতি—(হিক্না হিক্না কপ্তুনা) তাদ, ইচানিপী অত্থুগী য়া হেক নিংশিংলুবদা মমা ঐগী থম্মোই অসি কায়খিগদোই।

চন্দ্র—ইচানিপীত্থু লৈখিদ্রববনে—?

পার্ব্বতি—তাদ, লাইবকখিবী ইচা অদো ঙসি সংসারসিদা লৈ'রিদ্রবা লৈদ্রবা হায়বদো মমা ঐনা হায়বা ঙমদ্রে।

চন্দ্র—হায়বদি ?

পার্ব্বতি—মচা ঐগী য়াখলনা লায়না অমা ওইখিত্থুনা পাবনা সংসার থাদোক্তুনা চৎখি। পাবনা মতম কুইনা ফমুংদা হিপ্তুনা লৈরম্বগী মীগী পুশিল্লবা শেল থুম অমদি শ্রাদ্ধ কর্ম্মনচিংবদা লৌশিল্লুবা শেল থুমগীদমক্তা য়ুম-ইংথোল মীনা লৌগ্রবদা চহি অনিদা অমসুং চহি মরিদা ঙাইরিবা ইচা অনি অত্থুগা লোইননা শিশি—শিঙমদা সংসারগী অৱাবা ইপাক্তা ইরাক্লত্থুনা পুন্সিসি য়ানা লেল্লিবৈ মতমদা নোংমগী মুমিত্তা ইম্ফালদগী আসাম কায়বারি লাকপা বিহারী কৌবা নিপা অমনা ঐগী অৱাবত্থু উবদগী অৱাবা শরুক য়াবিগে

হায়না চহি অনিদা ভাইরিবী ইচানিপীদুগী পুন্সিগী ভার লৌরগে মাঙোন্দা শিন্নরো হায়রম্মী। অচুদগী ... অচুদগী ... (হিক্কা হিক্কা কপ্প)

চন্দ্র—নিপীমচাদু ইস্কালদগী লাকপা বিহারী হায়বদুদা শিন্নখবে নত্রা?

পার্ব্বতি—শিন্নখরে। সংসাবগী অরাবা ইপাক্কা ইরাকমীগদুনা শিমীন্নগদবগী শকবপুদি ইচা মহ'ক অমা মপুক গঙদুনা মপুন্সিগী মুংঙাইজরগা লোইরে হায়না খনখিবদগী চহি অনিদা ভাইরিবী ইচা অদো মমা ঐগা শেৎন-খাইনখি। অদুদগী মত্তম খবা লৈরগা পুকচেল চাওরবা তাদগা থেংনদুনা তাদগী নকমদা থুপচদুনা ভাস ফাওবা ইমা-ইচানা মীওইনা হিংদুনা লৈজরিবসিনি।

চন্দ্র—চহি কুনমরি-কুনমঙা শাংগ্রবা মতম অ'সগী মদু দা নপুরোই-বদুগী ই-পাও করিমত্তা লৌদ্রা?

পার্ব্বতি—চহি তরামুক্কী মমাংদা মহাক জর্জ্জ ওইরে হায়বা পাও অম দ তাখি। চহি তরামুক অ'সদি মহাক্কী মরমদা ই-পাও অমত্তা তাখিদ্রে।

চন্দ্র—প্রমদনা জ্ঞান তারক্লবা মীরোল খঙলক্লবা মতমদা ইবেম্মদা মপাগী পরিচয় হংবা-লাকপা তৌখিদ্রা?

পার্ব্বতি—মপাগী পরিচয় হংখি। অদুবু ইকাইবা অমদি মুংঙাই-তখদগী ঐনা নাগী মফমদা মপাগী অশেংবা পারিচয় তাক্কে। শেরাম্নবা মীং অমা হায়জিন্দুনা, নহাক্কা মহাক্কা মপা-মচা ওইবগী মরি অদু লৈনদ্রবা মীশক অমনি হায়না হায়দোকপ্রে।

য়াকম অসিদা ইমাগা নংগা অনিংক শুনা ঙাংনগুমসি হায়না হায়খিবদগী ঐগী মুংঙাইতবা অমদি ঙাংনবিংদবছু উবদগী প্রমদনা অমুক হন্না মপাগী পরিচয় হংখিদে। ঙসি প্রমদনা লো-যাওবা তমজহনা মীনা শকখং-মাইখংবিরক্লিবসে—তাদগী মপালনাইত্রবা দমন্নি। লমন অসে ইমা-ইচানা মপোক কয়ারকতসু শিংজবা ঙম্লরোইদবনি।

চন্দ্র—পার্ব্বতি, মহুগীদমক্তদি করিমত্তু খল্লুগনু।

পার্ব্বতি—করিগী খল্লোইদগে? হকচংগী পাজলগী অরাবা শরুক য়াবিবদা নত্তনা প্রমদনা লো কাওবা তমহন্নকপসিদা শেল-থুমগী অরাং অপা কয়া তাদনা মেনখৎপিত্রিবনি। মেনখৎ-পিত্রিবা শেনকম অসে শেল অঙাং নত্তে—নচানা ইশিন ইশন্দুনা থম্মী হায়, ঙনমক্তা দুপাঁ চামাপলনি। নচানা তাদগী শেল আস কুমশি চহিদগী খর খর শিংগৎপা হৌরগনি হায়রি।

চন্দ্র—মহুরা! হ…হ…হ… পার্ব্বতি, নমা-নচানা শেল শিংঙকপা খোক্লবসু নল্লাপয়সা অমগী মান ঐনা লৌরোইদবনি। পইসা শিংবনা ঐগী অপেনবা নত্তে—ঐগী অপেনবা হায়বৰ্ ঙসি প্রমদনা লো পাশ তৌজবা ঙল্লিবসিনি।

পার্ব্বতি—তাদ।

চন্দ্র—অচুম্বনি; নহাকুম্বী লাইবকথিবী অমনা পোকপা মচানা ঙসি লো পাশ তৌরক্লিবসি কনাগী মপালননো হায়বলো মীপুম থুদিংমক্তা থংলিবনি। প্রমদ ঙসি লো পাশ তৌহনা

পার্ব্বতি—নংবু ইম্ফালদা মতম থর লৈরুগদৌরিব্রনে?

প্রমদ—ওঝা জ্ঞানেশ্বরনা হায়রিবা ম্যাসিনদি মতম থর লৈরুবনা ঐগী অকবা ওইগদ্রা?

পার্ব্বতি—মহুগী মরমদদি নমা ঐভোন্দা নংনা অমুক হংবগী কান্নবা লৈতে। নং নশানা খল্লগা তৌজগদবনি।

প্রমদ—ইমা ঐদি চংকে হায়না নিংলি। অহুগা উকিলগী থবক অসি ইম্ফালদা লৈবনস্থ ওইরবা কান্নবা হেনগত্রা হায়নস্থ নিংঙি। মতা চাত্রবদি ইমাস্থ অ-দা ইম্ফালদা ঐগী নাক্তা লৈবা য়ানা লৈরি।

পার্ব্বতি—ঐস্থ ইম্ফালদা নংগী ননাক্তা লৈবা হায়রবা!

প্রমদ—হোয়, ইমা—খুদোংচাবা ফংগদবা লৈরবদি আদা লৈবা ভাইদনা।

পার্ব্বতি—ফরে, নংগী ওঝা জ্ঞানেশ্বরগা তানরগা কগদবহু তৌরো। অহুগা নংনা করিগুম্বা ইম্ফালদা লৈখিবা তারবদি ইমানা নভোন্দা শিন্নগদবা নুরবা য়াকম অমা লৈরি।

প্রমদ—করম্বা অরুবা য়াকম্লো ইমা?

পার্ব্বতি—(নিংশিংনুবদা থংহৌদনা কপনিংঙক্লুনা খোল খোক্তবগী য়াঙাং ওইবা) অসিনি প্রমদ, নংনা চহি মরি শুরকপা মতমদা চহি অনিভা ভাইরিবী নচল অপিশক অমা ইমাগী ইথাদগী শেংন থাইনখিবদো ... (য়া ভাঙবা চমদবা)

প্রমদ—থঙলে ইমা, ইচল অহুগী ওইরবদি ঐ লোইনা ভাব ভারে।

পার্ব্বতি—চহি কুনমরি কুনমঙা শুরেদো নচল অহুগা ঐখোয়গা [illegible]নরক্লিবসি। নচল অহুগীদমক্তা থনবদা চহি কুনমরি

কুনমঙা শাংলবা মতম অসে পোত্থাকম খংদনা লেল্লক্লবনি। ইঙ্কালদগী বিহারী কৌবা আসাম কারবার চৎপা মী অমগী মকমদা ইমানা নচল অহুবু শিন্নখিবনি। নংনা নচলগী খোংগুল অমুক্তা লিরকউকো। প্রমদ, লাইরবা পুন্সি হায়বসে ত্তোনথ্রেদা। ইমানা মতমহুদা ইচা নখোয় অনিগী নপুক মচা অনি অহুভবু থন্না পিজবা ওম্মকুত্রুনা ইমা ইচা ঐখোয় অহুম অসে ঈশিংদা চোংথহুনা শিরশিরা হায়না অমুকসু থল্লিদো। অহুগুম্বা খুদোংথিবা অরাবনা থল্লবা মতমহুদা মহাক অমা মপুক থম্ভ্রগা লোইরে—মীওইনা হিংজগ্রগা লোইরে হায়বা রাখলদগী নচল অহুবু ইমানা বিহারীগী মকমদা শিন্নখিবনিনে।

প্রমদ—ইমা, চেংলো শকসু খংহৌত্রবী লাইবকথিবী ইচল অহুগী মরি মখোঙ হংলে হায়রগা ইচলগী খোঙ্গুল শোয়দনা লিরগনি। ইমা, নোংদম্বা বিধিনা মচলগা মবুংগা উনজো হায়না লাইবক্তা তখীরম্বা থোক্লবদি ইচল অদো মবুং ঐগা শোয়দনা উনগনি। শোয়দনা উনগ.ন ইমা। (ইমুংদা চংখিবা)

(প.র্বতি বমিত্তা পি শিন্দহুনা বাবন্দা লুপ্তুনা নৈহৌই)

## ২শুবা ড়ংপা

### য়ুম ( নরেনগী )

মফম—মাঙোল                                    মতম—নুমিৎ য়ুংবা মতুং

ফজরবা টেবিল চেযাব কয়া থাহনা লৈরি। টেবিল মথক্তা লাইরিক-লাইশু খব লৈরি। নরেন লাইরিক অমা পায়দুনা হকৎ-হন্দা চৎলি, কালানা চ'-পুথোক্লুনা থম্মী।

কালা—খুড়াইবুঙো, চা লৈরে।

নরেন—হা ?

কালা—চা লৈরে। ( লাইরিক লাইশু লোইশিনবা )

নরেন—চাক ঈশিং চারমদাই অসিদা তৌজিকপু করিগী চানোনে ?

কালা—( মুন্না তাহৌশবগী মওং ওইনা ) কমদোঁবা হায়রবনো ?

নরেন—চা অসি নং থকও হায়রবা।

কালা—খুড়াইবুঙোদি ?

নরেন—চাক চাগদোঁবা ভাইহাকুং ভাইরবদা করিগী চা-নো ? ঐ থক্লরোই।

কালা—ইবুঙো প্রকাশ থুংভরগা চাক ঈশিং চামীন্নগনি ভাইখিনি হায়না তাকাপবদুদা, ইবুঙো প্রকাশ ভাইবা ওইনা ....।

নরেন—অদুবু চা থক্ত্রবসু অসুম ভাইবদা কার কারবগে ?

কালা—মদুসু কারদে। অদুদা খুড়াইবুঙোনা অমুক চা-লোন্দে ঙোক্তে হায়রকল্লা হায়দুনা .... ....।

নরেন—নং অমা রা খংমনখ্রেকো কালা। থাইনা মৌ অনৌবী অমনা মরম মোকইবনি হায়ত্তুনা হৌদোংমচা উরাদ' রেপ-শিল্পী হান্নবহু তৌগদৌরিকো। চা অসি পাম্মুই নং থকচিন্নু। নংসু থক্লিংগ্রবরাও ?

কালা—ননাই ঐবু।

নরেন হোইনে।

কালা—চাও থকউ হাযবদসু ননাই ঐনা করম্বা মতমদা ওক্লে হায়বা ভাবিখ্রব্রা ?

নরেন—অতুনবু নংবু ভমশিল্লু হাযদনা।

কালা– ফনি ফনি ; চাবা থকপসু অরাবা থবকতৌনা।

(চা লৌতুনা ফিংনা থকপা, চা হাবা)

নরেন—কৈদৌরে কালা ?

কালা—চা হারিবা।

নরেন—তপ্না থকউ, তপ্ন থকউ। কনানসু মুল্লরোই।

কালা—খুড়াইডো মীনা মুনাখগনি হান্নবগী নংচদে চা থকপদা পিং পিং থকপসি কম্না হৈনজদে, গু গু থকচিনবা হান্নবসি ননাই ঐগী হৈনবীনি।

নরেন—( নোকনা ) হোয় হোয়। ( ঘড়ি য়েংলগা ) কালা, ভুমিং-য়ুংবা মতুং পুং অমা তারকদৌরে—প্রকাশনা হৌজিকফাওবা থুংওদ্রিবসিবু ... ...।

কালা—খুড়াইবুডো এংোম্লেনদি পাইরকগ্রবদাইনে ?

নরেন—হোয়নে।

কালা—লম্বী লমথাদা মরূপ মপাং অমা অমা উনছুনা রারি রাভাই শানছুনা লৈথোক্লম্বা তারে।

নরেন—গাড়ি বেরা তৌরমদছুনা AIR FIELD ভান্না গাডি পুছুনা হেক ওকপা চৎলম্নবদি অদুম্না থেংঙম্মোইদবনি। কালা, যমুনাদি করি তৌরি ?

কালা—ইবেম্মদি মাগী ফমুদা কাংথল মনুংদা শুং শুং তৌছুনা কপলি।

নবেন—অদাং শা'হিব্র' ?

কালা—করি তৌববগে হায়ছুনা ননাই ঐনা হংজরুবস্থ মবোল মরি করিমত্তা হায়রক্তে, পংশঃওদা শাওরকই পংচৈদা চৈবকই।

নরেন—মহাক্না শাওরিবছুগী মরম ঐ খংভি।

কালা—করিগী ওইরবনো ?

নরেন—গাড়ি পুছুনা AIR FIELD ভান্না চত্তুনা প্রকাশপু ওকপা চৎহন্দে হায়ছুনা শাওরিবনে।

কালা—অছুগী ওইরেসে।

নরেন—গাড়ি বেরা তৌরকপবু ঐগী দশারা ? অছুগা মানা ঐভোন্দা শাওরি ?

কালা—খুড়াইহৌনা খর লুন-চান্না কেথোক মৌথোক্না রোকপছুদা ওইনরিবা নাওথি শারিবা হায়বছুনি।

নরেন—কালা, প্রকাশ অমসুং যমুনাবু ঐনা করিগীদমক্তা লুক চান্না কেথোক মৌথোক্না রোক্লিবনো হায়বদো নংনা খংলোই ; ঐগী পুন্সিদা চাওরবা পাপ অমা লংঙবি। অছুওবা পাপ

অহুগী প্রাইশ্চিৎ খরদং ওইগদ্রা খন্দুনা প্রকাশ্ অমসুং যমুনাবু ঐনা হেক পোকচবা ইঙাওয়া লুনা-চান্না য়োক্লিবনি।

কালা—খুড়াইবুঙোওয়া মীশক অমনা চাওরবা পাপ অমা লংজখি হায়রবসি অতাবা খিবিক্লা থাজবা ওয়োই। ননাই ঐঙোন্দসু মংওয়া থোকই।

নরেন—হায়বা য়াই। ইশাগী ইরাংদি ইশাতনা খংবনি, ঈশ্বরতনা উবনি। পাপকী মমী তাপ্রবা হৌখিবা পুন্সিগী তাংকক অমা ওসিদি নঙোন্দা য়ারি তৌগে। চহি কুনমরি কুনমঙা হৌপ্রবগী য়ারিনি। নখোয় পুন্নমক্লা ঐবু গৃহস্থ ধর্ম্ম চত্তে হায়রিবদো ঐ অসে অঙাং অনিগী মপা, নিপী অমগী মপুরোইবা ওইপ্রবনি। মখোয়শিং অদো ওঁস ফাওবা সংসারসিদা লৈরিব্রা লৈত্রব্রা হায়বহুদি ঐনা হায়বা ওমদ্রে। লমহেনবা পুরিংগী থৌইনশিন্দগী ঐনা মখোয়শিং অহুবু মীনম্বা নমথাক য়াহেনা উৎ চাইহনা কাওথোকুনা খনয়গা ইস্ফালদা লাকখিরম্মী। অহল-লময়া অতোপ্পা নিপী অমা ঐপা লুহোংনবা য়া লোইনহনা লুহোংবগী লুমিৎ লেপখিরম্মী। কালা, চিল অসিনা পনবদি লায়রদনা নিংশিংলুবদা হু চুংলি। লুহোংবা লুমিংকী অয়ুকমক্তদা নিপী অদো হু চাহুনা শিখি-মতম অহুদা ঐনা খনখি ঐনা লংজখিবা পাপ অহুগী মহৈ চান্না হৌরক্লেদনা হায়না।

কালা—খুড়াইবুংঙোনা হুন্দোকুনা খঙ্গীরম্বা ইন্দোলইবেম্মগা অঙাং অনি অহুগী খোঙ্গুলদি অমুক হন্না লিবীরক্রব্রা?

নরেন—মরাল লৈজত্রবী মহাক্কী মকমদা ঐনা তৌখিবা নমথাক মীনম্বুত্বু নক্কৎপা ভত্বা করম্বা মায় পুত্না মখোয়গী খোঙুল লিরুগনি। কালা, ঐগী ইচা অনি অত্না ভসি ফাওবা সংসারসিদা লৈরম্বা খোক্লবদি প্রকাশ যমুনাগী চ'ত মতাং অ'সমক্কি মখোয় অনিনা ওইরমগদবসি। মখোয় অনিগী নিংভমদবা মৈচ'ক হুত্ব খরমখৈদা ওগরবস্থ ময়েং তানবা হায়ত্না প্রকাশ যমুনা ঐনা ইচা শক্লা য়োকখিবনি।

কালা—(খোঙ্গালরোমদা য়েংলুরগা) খুড়াইবুভো, ম্রিক্লাদা ইবুভো প্রকাশ লাক্লে।

নরেন—(মপালরোমদা য়েংবা) কদাই? চংলু কালা বেদিংগা স্যুইট-কেশকাসি খর লৌশিনবীরু।

কালা—ফনি। (কালা খোকখিবা)

নরেন—যমুনা! নিপীমচা! তাম্রিব্রা নংবু? প্রকাশ থুংলরেনে। তারব্রনে যমুনা নংবু? প্রকাশ লাক্লেনে। (যমুনা হরাওনা ইমুংদগী খোরকই) প্রকাশ থুংলরে। তু উরব্রা?

(যমুনা অমসুং নরেন হরাওনা খোঙ্গালরোমদা য়েংত্না লৈবা; প্রকাশনা মাং থাত্না কালা মপালরোমদগী চংভকই: কালানা স্যুইটকেশকা বেডিংগা পায়রকই)

প্রকাশ—বাবা! (চংশিন্নকুনা নরেনগী খোং শায়ত্না থুরম্মী)

নরেন—(প্রকাশপু কোনথংপগা লোইননা) বশ বশ। পরিক্ষা নিংথিনা পিরম্মীদনা?

প্রকাশ—বাবা।

নরেন কালা, ননাওগী স্যুইটকেশকা বেডিংগত্থ ইমুংদা পুশিনবীব্রো।

কালা—কনি। ( পোৎ চৈ পুহুনা কালা চৎখিশা )

যমুনা—দাদা, ঐনা হায়বহু লৈবীরকপ্রা ?

প্রকাশ—করিবো ?

যমুনা—কাশ্মিরী কোট।

প্রকাশ—( মনিং লাওথোক্তুনা ) ইহে, মহুদি ঐ কাওরক্লেবো যমুনা।

যমুনা—( মচুবা পৈত্তনা ) কাওনি, নংদি। ( শাওনা ইমুংদা চংগে ভৌবা )

প্রকাশ—( নোক্তুনা ) কদায়রনো, রা হায়গে ভাইখোনে।

যমুনা—ঐঙোন্দা রাকা অমত্তা হায়বিরকনু।

প্রকাশ—যমুনা।

যমুনা—কৌবিরকনু।

প্রকাশ—ঐগা কৌনদবা ভম্মগত্রাও ?

যমুনা—ভমনি। মীনা হায়বদি লৈবীরক্তুগা।

নরেন—প্রকাশ মহাক্না এবোত্রোম তান্না নংবু ওকপা চৎচগনি হায়হুনা ভৌরম্বনে। গাড়ি ফেল ওইহুনা চত্তবগীদমক্তসু মহাক শাওবনা মৈ হৌরম্লিবনি। অহুগা নংনসু অমুক মাপ্পী পোত্তপ লৈবীরক্তহুনা অচাকপা মৈদা ঘী হৈজিল্লরেদনা।

প্রকাশ—অহুবু মানা অঙাংপিশকভৌনা অসুক মাম্না শাওরিবসিবু করিগীনো ?

যমুনা - শাওদবদি। ঐ অসি নহাক্কী হেক পোকমিন্নবা নচল অমা ওইরম্বা থোক্লবদি কদায়দগী কাওরক্লমগদগেদো।

প্রকাশ—যমুনা করিস্থ লৈতবা পোৎ অমা লৈরক্তবগীদমক্তবু অহুভম্বা রাঙাং ভাংবা হৌনত্রা ?

যমুনা—ঐখোয়দি নিংবা থুংব্রবদি হেক্তা শাওই। হেক পোকমিন্নবা নচল নচে ওইরম্লবদি লৈরক্লমগদবনি।

প্রকাশ—নংবু পোকমিন্নবা ইচল নত্তে হায়হুনা ওসি ফাওবদা খল্লক্তি, অহুগা পুন্সিসিমগী খনসু খল্লোই; ইচল ওইবা ওইদবগী রাদি তরাইথোকখ্রহুনা ওসি ফাওবদা নংনা হায়বা রাদা ঐনা করম্বা য়াদবা অমদি হিক্তোকপা য়াওখ্রবগে ?

যমুনা—অহুনা ওইরে্সে। অহুক লুনা শিন্নহুনা তপথিবা পোৎ লৈবীরক্ত্রিবসে। য়েংওু্বা, নংনা হায়বা রা অমত্তা রারোইএ।

প্রকাশ—মহু খওহুনা ঐসু নংগী পোৎ লৈরক্লিবনি।

যমুনা কৈদৌবা ? (প্রকাশ খুমদবা য়েংহুনা লৈবা) হৌজিক নংনা হায়খিবহুবু কৈদৌবা ? সে হায়রমসে।

প্রকাশ—ঐনা নংগী নত্তৌ য়েংনিংহুনা তৌবনি। নংগী কাশ্মিরী কোট অহু লৈরকএ।

যমুনা—হা ? শোয়দনা লৈরকপ্রাও ?

প্রকাশ—ঐদি অশোয়বা মী নত্তে।

যমুনা—কদায় ?

প্রকাশ—সুইটকেশ মনুংদা।

যমুনা—( প্রকাশকী খুদাং পায়রগা ) লাকও য়েংগে চৎসি লাও।

প্রকাশ—( নোক্তুনা ) চৎসি চৎসি।

( মখোয় অনি খোংকাপ অনি অহৎ থাংলুরগা প্রকাশনা করিওবা অকাওবা অমা নিংশিংওকপগী মওং ওইনা চপ লেপ্পা )

যমুনা—কৈদৌরে ?

প্রকাশ—যমুনা, ঐদি য়াম্না শাথিনা শোয়বা অমা লৈরেবো।

নরেন্—হায় হায় নখোয়গী অশোয়বা শোয়দবত্থ কোম্না খন্নরো। প্রকাশ ঐ নংবু ঙাইহুনা লৈরম্লিবনি। চাক ঈশিং চাখোক্ননবা তৌখিসি। লাকও লাকও।

প্রকাশ—বাবা চাখিরম্মো। ঐদি অকাওবা অমা লৈরে ঐ অমুক ঙহাক্কং থোক্লুদবা য়াদরে ?

নরেন—লংকৈদগী হৌজিক থুংঙবদা ঙাইরিঙৈনা করি অমুক অকাওবনো ?

প্রকাশ—রিক্সা ঙাইরিঙৈদা হেন্দবেগ অমা হুকান্দা কাওহুনা থনগ্লে। মহ্ অমুক্কা লৌহৌরুখিগে। অরুবা লাইরিক লাইশু খর য়াওহৌরে। ঐ থুনা লাক্কনি। যমুনা; ঐ ঙহাক্কা চংলুখিগে। (মতম অসিদা কালা থোরকই)

কালা—ইবুঙো ফিরোল হোংদোকপিরো। ইরুজ-মাইথনবা ঈশিং থাংদোক্নুনা থনম্লবনি।

প্রকাশ—হোয় হোয় তা-কালা, ঙহাক্কং থোক্লুখিবা ভারি ঐ থুনা লাক্কনি। (চংখিবা)

কালা—করিনোনে তৌরিবসিবু।

নরেন—খংত্রেদা কালা জ্ঞান অমবু পুম্মম মথেম।

কালা—খুড়াইবুঙোদি লুক হাংদোকপিরোদনা।

নরেন—যমুনা, ইপা-ইচা চাথোক্লুরসি। অঙাওবত্থ ঙাইহুনা কান্নত্রে।

যমুনা—ঐদি মহাক ঙাইখিনি। ঐগী কোট য়েংলগা চাগনি।

কালা—(থোজালরোমদা য়েংলুরগা) খুড়াইবুঙো, বিহায়ীগা কনানো অমগা লাক্লে। মীনা শোক্ল-পম্বনিংদে চংহন্বিংদে হায়বসি থংনা থংনা মহাক্কা হেক্কা চংঙকপা।

যমুনা—ঙসি মাগা লাকমীন্নরিবা লৈশাবী অসিনা কনানো ?

নরেন—মানা মচাশক্লা য়োকচবা মচা অমা লৈ হায়বত্থ ওইরম্বা য়াই।

কালা—ঐখোয়দি তাদেনা খুড়াইবুঙো।

( মখোয় অহম্মক খোজালরে'মদা য়েংত্তুনা লৈবা ; মতমসিদা বিহারীনা মাং থাত্তুনা প্রতিমা চংলকই ; বিহারীনা কি মমোম অমা পায়রকই )

বিহারী—লা-লা-, চংঙকউ লাও। ( নরেন্দা ) তাইবুঙো নমস্তে।

নরেন—নমস্তে ইবুংঙো। কালা, নংগী খুড়া বিহারীগী ফিদা অমত্তা থাবিয়ু। ( কালা য়ান্না ভম্না মোড়া অমা থাবা ) হায় নিপীমচাতুগীস্থ অমা থাবিরম্মুনে।

(কালানা য়ান্না হরাওনা ইনাং লাংলত্তুনা প্রতিমাগী ফম্নবা চেয়ার অমা থাংজিনবীবা )

কালা—ইবেম্মা সিদা লেংশিল্লুসে।

প্রতিমা—কনি।

নরেন—করি থবকীনো বিহারী ?

বিহারী—তাইবুঙো, ঙসি ঐনা লাকচরিবসি য়াম্না লুথ্রবা রাকম অমগীদমক্তনি। রাকম অ'সদা তাইবুঙোনা মুংশিবীরবদি ওস্থোক্লা মুংঙাইজগনি।

নরেন—ঐঙোন্দা অরুবা অরায়বা লৈতে। করি রানো হেক্তা হায়য়ু-য়ানি।

যমুনা—তা-কালা, ঈশিং অশাবা লৈরমগনি চা কপ অনিদং শেম্ম্ন।

কালা—কনাগী …।

যমুনা—খুড়া বিহারী খোয়গীনি। ঐদি থক্লিংত্রে, বাবা, চা থকত্রা ?

নরেন—থক্লিংত্রে।

কালা—( প্রতিমারোমদা য়েংলগা ) অছুদি চা-কপ অনিদা তারেদো ?

যমুনা—হোয়নে, পরপ পরপ শেম্মকউ।

কালা—ফনি। ( প্রতিমাদা য়েংনা য়েংনা চংখি )।

নরেন—বিহারী, নংগী ব্রাছু কমদৌবা হায়য়ু-হায়য়ু।

বিহারী—তাইবুঙো ননাই ঐগা লোইনজরক্লিবা মুপীমচা অসি মহাক্না মীরোল খংত্রিভৈদগী হৌনা ঐনা ইচা শব্রা য়োক-চরক্লবনি।

নরেন—ঐস্মু খংভি, ঐস্মু তাই। অছু কৈদৌরবা ?

বিহারী—তাইংঙোনা খংবিরিবছুমতাই ননাই ঐদি নোংম নোংমগী নোমজক্লবা শুজরবগী হুমাং মমলনা পুক থজবা ঐনিদো। মহাক্না অঙাং ওইংলৈদদি ঐঙোন্দা থোইনা খুরো থাংলমদে। হৌজিক্কি চাওশিন্নকপা লৈশাবী কাজিল্লকপসিদদি মহাক অসিনা ঐঙোন্দা অৱাবা অমা ওইরে। হায়বদি ননাই ঐদি নহা ওইরিভৈদগী হৌনা আসাম কারবারিনা পুন্সি'সি লেপ্লক্লবনি। হৌখিবা নিংথমথাদস্মু ঐনা আসাম চৎলমদাইদা মীরোল লৈজদবনিনা ঐখোয়গী ইনে কৈন্তাদা মহাকপু শিন্নরম্নগা চৎচরিবনি।

নরেন—নংগী অবস্থা ৱাম্না মুন্না খংবা ঐনি। নংগী অৱা অনংগী মরমদা ৱারি অমুক লিত্রবস্মু নংনা হায়নিংবা ৱাগে হেক্তা হায়য়ু।

বিহারী—তাইবুঙোদি মতু শোনবা মীবু হুংশিবীবা চংজফম লৈতবা মীবু চংজফম পিবীবা পিতৎ পাতৎপা মী কয়াগী মপি-মপা ওইবিবা মীশক অমনি হায়না থঞ্জবদগী ননাই ঐনা ইচা শক্না য়োকচবা হুপীমচা অসি তাইবুঙোগীদা …।

নরেন—নিপীমচা অসিবু ঐবু য়োকত্ত শেম্মু, অসি নত্রনে?

বিহারী-হোয়; (প্রতিমানা বিহারীদা ওক্না য়েংবা) ননাই ঐনদি লাইরবা মচা অমা ওইবনা মহাক্না চাওশিল্লকপসিদা শেং-চাবদা মনিং থুংহনবা ওম্মোইদৌরে। অহুগীসু মথক্তা লৈশাবী কাজিল্লক্লবনিনা মহাকপু থাদোক্লুনা য়ুমদগীসু চথোক-পসু ওমত্রে। ননাই ঐদি খোংনা চৎলগা খুৎনা নোম্লগা চাজবা মীশক অমনিদো। মসিদদি ঐখোয় অনিমক চাদ-থক্তনা কংহুনা শিবা তাবনি। অহুনা তাইবুঙোদা খুরুমহুনা হায়জরিবসিনি মরাইবক থিরবী নিপীমচা অসিমক্তংগা মচা-ননাই অমা ওইমা তাইবুঙোগী নাক্তা থম্বীয়ুনে।

প্রতিমা—(কপ্লিং কপ্লিং তৌহুনা) বাবা!

বিহারী—তুম্মীন লৈয়ু নিপীমচা; ইপামা শিল্লিবসি নংগী কননবগী-দমক্তনিনে। (নরেন্দা) তাইবুঙো, য়ুমদগী ঐনা আশা তৌহুনা লাকচরিবা হায়ববু তাইবুঙোনা মহাকপু নচা-ননাই অমা ওইনা লৌশিনবীগ্রবদি মাগী মপুন্সিদা শেংপা চাবত্তদি মনিং থুংজরগনি অসিতনি।

যমুনা—বাম্মা, মহাক অসিসু ঐগুম্মা লাইবক থিবী অমনি লৈহনসিবা বাবা!

নরেন—( প্রতিমাদা শংত্রিক য়েংবা ) লাইবকথিবী অমা !

যমুনা—অচুগীস্থ মথক্তা ইচিল-ইনাও অনিস্থ শুজদে, মহাক অমা ইনাও ওইনা লৈরবদি কয়াদা নুংঙাইগবনো। বাবানা কোক্তা চিকপদা ঐখোয় অনি চংহুনা বাবাগী সেবা তৌগনি। বাবা লৈহনসি হায়রবনি।

( নরেন বা মচেৎ অমম্তা ঙাংদনা প্রতিমাগী নাক্তা চংশিল্লরগা প্রতিমাবু নুংশিনা য়েংলগা মকোক্তা মথুৎনা নানবিবা, প্রতিমানস্থ নরেন্দা নুংশিনা য়েংঙি )

নরেন—নঙিং করি কৌই ? ( প্রতিমা খুমদে ) হায়য়ু নংগী নঙিং করি কৌবগে ?

যমুনা—( খর চংশিল্লকুনা ) বাবানা হংলিবসে খুম্মুদনা ?

বিহারী—বাবানা হংলগা খুমত্রিবা করিগীনো ?

নরেন—নখোয় য়াওরকনু। মরায়না খুমজনি। (মতমসিদা কালানা চা পুথোরকই ইঙক ঙক্লা য়েংহুনা লৈ ) খুম্মু, নঙিং করি কৌই ?

বিহারী—তাইবুঙো মাগী … …।

নরেন—নখোয়গী নচিন্দগী তানিংদে ; ইচানা মচিলমক্লা হায়বহু তানিংঙি। খুম্মু নঙিং করি কৌই ?

প্রতিমা—ঐগী ইঙিংদি প্রতিমা কৌই।

নরেন—প্রতিমা ! কয়াদা ফজথ্রবা ! ( বিহারী, যমুনা হুয়াঙজবা ; নরেন্না প্রতিমাগী মখদাং পারহুনা শংত্রিক য়েংলগা ) ঙিংগা শকা কয়াদা চানথ্রবনো। যমুনা, ঈশ্বরনা নংগী ননাও নিপী অমা কংহনবীরে।

যমুনা—বাবা !

বিহারী—তাইবুঙো, (নরেনগী মখোঙ পায়রদুনা খুরুম্নগা) ননাইগী পুন্সি অসি তাইবুঙোদা কথোকচরবনি। তাইবুঙোনা মাগী মপি-মপা শকপিরগদবনি।

নরেন—বিহারী, নহাক্না থংদদুনা তৌবনি। ঐ অসি পাপি অমনিনে। পুন্সিদা তৌখিবা পাপশিং অদুগী প্রাইশ্চিং খরদং ওইরবসু ওইননবা হায়রদুনা মীপুম খুদিংমকপু ইচাদা ইচাগুম, ইনাওদ ইনাওগুম লুংশিবা ঙম্বগী থম্মোই চেন্নবা হোৎনরিবসিনি, নৈঙবা পুন্নমক মখোয়দা কথোক্লগে হায়না লেপথ্রবনি। মতুঙদা ঐগী ইপাপকী প্রাইশ্চিং ওইগদৌ-রিবনিনে। (কালানা চা পায়রদুনা লেপ্লদু উদুনা) কালা, চা অদুদি ইংখিবা ঙাইরিব্রা ?

কালা—(খংবোক্ত লাকপোক্ত) নৎচদে।

নরেন—অদু'দি কবি তৌবি ?

কালা—ননাই ঐ রাখল অমদা মুল্লুরে।

(বিহারীদ' চা পিরগা প্রতিমাগী মনাক্তা চংশিল্লকপদা নরেন্না চা লৌরগা)

নরেন—সে, চা থকউসে। প্রতিমা ইকাইদুনা চা লৌদবা) লৌ-নে, করিগী ইকাইরিবনো ?

যমুনা—(চংশিল্লক্লুনা) করিগী ইকাইরিবনো ? ঙসিদগী য়ুম অসি নয়ুমনি হায়না খল্লগদবনি। ঐ অসিনা হেক পোক-মিন্নবা নচেমক্তি নিংগদবনি অদুগা বাবাবুনা নং ঐগী ইপা-মক্তি নিংদুনা নং ঐনা সেবা তৌগদবনি। সে চা অসি থকউ। (নরেনগী মখুত্তগী চা লৌরগা প্রতিমাদা পিবা)

নরেন— ( নোক্তুনা ) মচেনা পিবা ভান্নরম্লিবোইরে !

বিহারী— !

বিহারী—তাইবুঙো।

নরেন— নখোয় চাক ঈশিং চারক্লবরা ?

বিহারী—চাজরক্লে।

নরেন— অত্থুদি ঐ চাক্ ইশিং অমুক্তা চারুখিগে।

চা থক্তুনা রারী রাতাই শারম্মু

বিহারী—ফনি। হাবিরুরো। ঐস্থ চৎচরনি।

নরেন— যমুনা, লাও চাক ঈশিং চাথোক্লুরশি।

যমুনা— হোয় লাক্লগে। (নরেন চংখিবা) প্রতিমা, ঐগা চাক্ চাষীন্নকখিশি।

প্রতিমা—ঐ চাক্ ভোক্লকপদা ভায়রি। চা অসিস্থ ইচেনা মুংভায়রোই হায়দুনা থক্লবনি। ইচে চারুরো।

যমুনা— অত্থুদি ঐ চাক্ অমুক্তা চারুখিগে। ( চংখিবা )

কালা— য়ুমদা চারক্লবস্থ সিদস্থ খরদং চারবদি ঐখোয় খ্বায়না মুংভাইজগদবা। খজিক্তং ওইরবস্থ চারুসিবা ?

প্রতিমা— ঐ চাজররোই।

কালা— অত্থবুদি গোরেল মুংদাং হাওনা চারগা লোয়রেন্দনা—কো ?

বিহারী—হোয় হোয়, চানি চানি।

কালা— ( মুকম মুকম থোন্দুনা ) মাঙোন্দা হংবস্থ নত্তনা হন্দুবা মহাক্লা হেক্ খুম্মক্লদুনা.........। ( চংগে ভোবা )

বিহারী—( ভাব্ ভাহোদবগী মওং ওইনা ) কমদৌবা কালা ?

কালা—হায়দে খুড়া, মরু-মনাও ওন্নরে হায়জবা। (চংখিবা)

বিহারী—মুপীমচা, ইপা চৎলগে নং লৈহৌরোকো।

প্রতিমা—বাবা, ঐ অসিদা লৈহৌবা ঙমলোই, ঐ নংগী নত্তুং ইন্দুনা চৎকনি।

বিহারী - করি রানোনে নংনা হায়রিবহুবু মুপীমচা ?

প্রতিমা—( কপ্‌লি কপ্‌লি তৌহুনা ) অশেংবনি বাবা ঐ নংবু থাদোকপা ঙমলোই— ঐ নংগী ননাক্তা লাকনি ঐ লৈহৌবা ঙম্লোই।

বিহারী—প্রতিমা, নংনা অহুম তৌরবদি ইপাদি করম খোং থাং-দোক্তুনা চৎপা ঙমগনি। নংনা ইপাগী থম্মোয়দা অরাবা অমুক পিরগমু। নহাক অসে ইপানা ঈ মতুম্‌দগী চাওননবা য়োক্লবনি, নং অসে ইপাগী থরাযনিনে। ঐনা হেক্ পোকপা ইচা নত্তে হায়রুনা নংবু মীরায়রুনা তরাই মরাই থাদোকপা নত্তে, নহাক কায়নগনি থল্লবদা থরায় হকচাং শেংন-বশুম য়ারিবনি, নহাক লৈত্রবা ইপাগী য়ুম্‌হুদা ইপা অমুক চংনিংত্রবনি, অহুবু ............।

প্রতিমা—(কপ্তুনা) অহুদি বাবানা ঐবু হুদোক্তুনা চৎকদৌরিবা করিগীনো ? বাবা, চরা নাম হেল্লবসু বাবাগী নাক পুন্সি চুপ্পা থাংজগে ঐবু অসিদা হুন্দোকপিরমগমু।

বিহারী— প্রতিমা।

প্রতিমা— (কপ্তুনা) বাবা, ঐ লৈত্রবদা কনানা চাক থোংহুনা বাবাবু পিজগনি। বাবানা হকচাং ঙম্মক্‌ত্রবদা কনা লাক্তুনা বাবাবু সেবা তৌবীগনি।

বিহারী— প্রতিমা, নহাক লৈত্রবদা য়ুম অহু ইহাং হাংলগনি,

মরুভূমীগা চপ্‌ মান্নরগদবনি হায়বহু ইপাসু থংঙিনে। অদুবু নংগীদমক্তা থনবদা ইপানা পুন্নমক কথোক্লবনি। মহাক্কা মুসিদা মুংতাই য়াইফনা নোক খেহুনা লৈবহু উরগা মহাক কায়নবগী মৈচাক অদো কাউগদৌরিবনি তাও প্রতিমা, মহাক্কা ঐপা থাদোক্লবা ওমদবা অহুনা নংগী পুন্সিদা অনাংবা মত্তনা করিমত্তা ওঃজবা কংলোই। মীওইবা হায়বসে মুংতাই-য়াইফবা তানবা ওাকনি য়াননবা পোকপা নত্তে। মহাক্কা ঐগী নাক্তা লৈহুনা করি মনিং থুংগনি শেৎপা-চাবা থুংবদি লাইরদনা নংক্‌ কাওবা থন্না চাবা কংলোই, মহুনা করি কান্নবা! নংনা সিদা লৈজরবদি নিংতকপা থুদিংদা মনিং থুংজগনিদো, মহু উরগা ইপাগী থম্মোয়গী অপেনবা ওইগদৌ-রিবনি।

প্রতিমা— বাবা ( কপ্লা )

বিহারী— ইপানা নংগী পুন্সিগী অরাবা শরুক য়ানিংদহুদা অমদি মহাক অমা লৈমীন্নরবদি য়ারগনি, থুয়ো থাংলগনি হায়হুনা নংবু থাদোকপা নত্তে। নংগী অফ-মুংতাইগীদমক্তা ইপান্না নংবু থাদোকপা তাবনি।

প্রতিমা—বাবা—! (কপ্লা)

বিহারী— অচুম্বনি প্রতিমা; ইপাবু নংনা অমুক মুংতাইতবা পিরগনু। নংনা অসিদা লৈহুনা ইপাগী নিংবাস থুংহন্নু। শে কপকনু ( প্রতিমাগী পি তৈথোকপিবা ) অঙাওবী, করিগী কপ্‌লিবনোনে! নহাক্কা ঐপা পুন্সিসিমগী উনয়োইদংনু নত্তবা মরুক মরক্তা উনগদবনি। ( হিক্লা-হিক্লা কপ্লুবা প্রতিমানা

বিহারীদা য়েংবা ) কপ্পগনু ভোকও হায়বনি নংনা অছুম্মা ভৌরবদি ইপাদি করম্না খোং থাংহুনা চৎপা ওমগনি। শে কায়নরমদাইসিদা অমুক্তা নোক্উ ; শে নোকও ইপা চৎলগে।

( প্রাতিমানা কপ্পা কপ্পা নোক্লুনা বিহারীদা য়েংবা )

বিহারী— অছুনিদনা ! ইপা চৎলগে লৈহৌরো। (প্রতিমানা বিহারীগী মখোং পায়হুনা থুরম্মী ) ফরে ফরে। লৈহৌরো ইপা চৎলগে। নকোক কাওবা চিক্লনা মুংঙাইনা লৈয়ু। ( বিহারী প্রতিমাবু য়েংল-য়েংলহুনা চৎখি প্রতিমা মমিস্তা পিগী টরা চেন্দুনা বিহারীনা চৎখিবা য়েংহুনা লৈহৌই, কালা ইমুংদগী খোরক্লুনা প্রতিমাবু য়েংহুনা লৈ ; প্রতিমানা লৈখোরকপদা কালাবু উবদা লোম্না মমিস্তগী মপি তৈথোকই )

কালা—ইবেম্মা, করিমত্তা নথরায় মুংঙায়তবা তৌগনু ; নপুক্লিং মুংঙায়না নয়ুম্মক্লি নিংহুনা লৈগদবনি। ইবুংখোয় থ্বাই লৈরি করিমত্তা হঙ্গোইগনু, অরাৎ-অপা ননিং থুদবা পুম্নমক ইবুংখোয়দা হেক্তা হায়য়ু।

প্রতিমা— ফনি তাদা।

কালা—ফি ময়োম অসি পুশিনবীগ্রগে।

প্রতিমা— হোয়।

কালা—লাও লাও ইমুংদা পোথাররো। ( কালা ফি ময়োম পায়হুনা চংখিবা ; প্রতিমানা মাঙ্গোলদা থেৎলিবা লাই-গু, কেলেওরনচিংবা য়েংহুনা লৈবা, প্রকাশ পরপ পরপ চংঙকপা; প্রতিমানা ছুং ওম্মোক্লুনা লৈবহুনা যমুনা ওইরবোই নিংহুনা প্রকাশনা চংশিল্লক্লুনা প্রতিমাগী মশম পায়হুনা চিংলগা )।

প্রকাশ— লাকও, ওইনচাউবী নংগী কোট্ অহু য়েংলুরগি।

( প্রতিমানা য়েংথোরকপদা যমুনা নৎলমদবহুদা প্রকাশ খাই লাওহুনা ইওক্ ওকপা ইয়া ইয়া লাওহুনা হায়কম ভৌকম থংদনা লুথম্ হোত্তুনা হন্দোরকপা )

প্রকাশ— ঐদি— ঐদি।

প্রতিমা— ( য়াম্না তপ্না ) কৈদৌবা ?

প্রকাশ— ওইরবোই নিংলুরে।

প্রতিমা— মা ওইমবু নিংবিরবসু অমবু ওইনা থনবীরবসু মী অমা ওইরগা মায় অহুক্ য়াম্না থকপিবা হৌনব্রা ?

প্রকাশ— ঐ অসি মাইথকৃপদা তাপ্ররবোইরে। হোয়, মীওইবা হায়বসি চোপ্প চোপ্পু হায়রবদি কুইদবোইরে।

প্রতিমা—হোয়, মাইথক্পা ঙাওশিন্নবা হায়বসি মহৌশানা ইকায়বা চোপ্পা নংগল্লি।

প্রকাশ হোয়, নিংলুবা ঐগী অরামবনি ঐবু ঙাকপিয়ু। (মতমসিদা যমুনা ইমুংদগী থোরক্লুনা তুমিন্না মখোয়গী মতৌ য়েংহুনা লৈবা)

প্রতিমা— ঙাকপিয়ু হায়রগবু য়ানরবদি লোইরেনে। নত্তে, অদোম্না করিমন্তা য়াহং পাওহংদনা য়ুম অসিদা ইনিং ইথা তম্বীররিসিবসিবু য়ুমসিবু অহল-লমন পান্দে হায়না লৌবীবরা ?

প্রকাশ—করিনোনে তৌরিবসিবু !

প্রতিমা— ওক্শিন্নবা করি কান্নগদগে হেক্তা হায়বিয়ু মকমসিদা করি থবক্তী লাক্পিরীবনো ?

প্রকাশ—ইবেম্মদি করি থথকী য়ুমসিদা ?

প্রতিমা—করেম্নবীরিবরা ?

প্রকাশ— ইবেম্মদি ঐবু লক্সবিরিবরা ?

যমুনা— ( নোক্নুনা ) নত্তে, নত্তে, মরক্‌সিদা থংহৌজ্রবদি রা অসি য়ায়া হেনজিন্নখিবা তারে।

প্রতিমা— ইচে, মহাক অসি য়ায়া করেম্‌ কাথারছুনা ঙাওশিন্নব্রে। খর চৈবীয়ু।

প্রকাশ— ইবেম্মা, ননাও অসিমু য়ায়া রা থংখিব্রে লৈবাকমচা তাখিব্রে। খরা রারকপিয়ু।

যমুনা— করে করে। কেশ অসি ঐঙোন্দা থাঙৎপিরবনিনা ঐনা বিচারপতি ওইজবা তারে। অমগীমু অমগীমু পেন্দবা লৈতবা অতুগুম্বা রায়েলনা পক্ষ অৱীক্কপু তাইশিল্লগে। প্রতিমা; মহাক্‌ অসে ঐগী ইবুংশক্লা পিশক্‌ পিক্লিতৈদগী মাগা ঐগা বাবানা য়োকপিরকপনি ; ঙসিদা দিল্লীদগী M.A. পরীক্ষা থারমলগা থুংলবনি। মিংনা প্রকাশ কৌই।

প্রতিমা— ( ইকায়বগা লোয়ননা ) কনানা থংজনি

যমুনা—অহুবু হৌজিক্তি থংলেদনা ? অতুগা দাদা, মহাক অসিনা ঙসিদা য়ুমসিদা লাক্লিবী মীশক অমনি ঐগী ইনাওগুম্না পুক্সিসিমগী য়ুমসিদা লৈরগদবনি মমিংনা প্রতিমা কৌই।

প্রকাশ— ও! অতুননিদনা য়ায়া মশোং কন্না উবদি।

যমুনা— হৌজিক্তি মরি মথোঙ পুন্নমক থংনরবনিনা রা তেনশিন্নবা য়ারেদনা।

প্রকাশ— তেনশিন্নব্রবদি হৌজিকপু করি অমুক শাংদোক্‌নিঙাই লৈন্নিবগে ?

যমুনা— প্রতিমা নংগী মোটত্তি ?

প্রতিমা— ঐখোয়দি পুকথা লিনূথা থাহনা শাওগনবী মীশক অদো নংচদে।

যমুনা—অদুদি করে, ঐ রা হায়গে। ওসাইমখৈ শক থংনদবদগী কোইনরুরবস্থ হৌজিক্তি লোইনা হোদোক্লরবনিনা কোয়নদনবা নখোয় অনি ঐগী ইমাংদা খুং শোকনৌ। শে মতম মাংহল্লগনু।

প্রতিমা— ( ইকাইহনা প্রকাশতা য়েংবা প্রকাশনা শুগংপা )

যমুনা— ( প্রকাশনা শুগংপদু উহোহনা ) অদুগা শুগংহনা নমিং লাওথোক্লবদি ইকাইবদি লায়রদনা মীদি কিবু কিরগনিএ।

প্রকাশ—ঐনা কদায়দা মিং লাওথোক্লরে ? শুগংলি হায়দি হায়য়ু।

যমুনা— অদুবু হায়বা। শে-নে, মতম মাংহল্লদু। নত্রবদি নখোয় অনি ইকাইনহনা পুন্সিসিমগী হঙ্গোইনথিবা তারে। শে খুং শোক্লবৰু করি তৌবগে ?

( প্রতিমাগী খুজেং পায়হনা চিংশিল্লকপা )

প্রকাশ—তোয়নে, খুং শোক্লববু করি তৌবগে ! শে শোক্লসিসে।

( চংশিল্লকুনা প্রতিমাদা হেন্দসেক তৌবা ;

হেক থাদোক্লবদা প্রকাশনা নারোন্দা খুজিন্না শিলম্বা )

প্রতিমা— অয়ো ইমা।

যমুনা— করি তৌরে ? ( প্রতিমানা প্রকাশতা য়েংবা )

( প্রকাশনা হায়দোকনু হাথনা ইঙ্গিত তৌবা )

প্রতিমা— করিস্থ তৌদেদা।

যমুনা— ফরে অহুদি প্রতিমা, নংগী লৈকম কা তাক্লগে চংশি। অহুগা দাদা, ঐগী কোট অহুনু য়েংলুরসি। দাদানা দিল্লী-দগী লৈরকপা পোৎ চৈশিংহুগী মহুংদগী প্রতিমাগীমু শরুক খুংবীয়ু। য়েংলুরশি লাও।

প্রকাশ—Why not প্রতিমাদা পকচগদবা ফিরোল য়াম্না য়াওরি। লাও, নখোয় অনিমক। (প্রকাশনা যমুনাগা প্রতিমাগী খুজেং নাম নাম পায়হুনা ইমুংদা চংমিন্নখিবা)

---

# অহুমশুবা উৎপা

## কোলেজগী গেট ময়া

মফম :— লম্বী মতম : – মুমিদাংবাই

(কালা মথুত্তা অচা অংক হাপ্পা শোলা থাও অমা পায়রহুনা রাগ মুংঙাম্না মচিলদা মুরুম মুরুম্ শোল্লহুনা তহা তহা লাকই)

কালা— মহাকপু ঐগী ওইজবা ফংলবদি কালা ঐ অসি মীওইনা পোকচবগী মহৈ য়াল্লেদকো! ওসিদি মুমদা কনামতা লৈ-ত্রিঙৈসিদা মহাক্কী তঙাং তঙাংবা মখজাই মান্বা—মখজাই ওাগুবা মুমনামহৈনৌ অমা য়াওরিবসি মাঙোন্দা হেক্তা পিজ-রুরগে। মহুদা মানা করিগীনো হংলক্লগা নংগী হৈজিংপোথলে হায়হুনা হেক থুমদোক্লগা লোইরে। কান্নদে, মসিদি পরুপ পরুপ চৎহুনা পিজহৌরুখিগে। (হা-থু—হা-থু চৎপদা খুদি

থিহ্নুা মখুত্তগী অচা অথক লোয়না লম্বীদা হৈদোকপা. পোৎ-চৈ-দি খুনগৎকে হায়রহ্নুা খুদি থিবদা লোকপা মখোংবী অহ্নু পায়রহ্নুা চোংবা ) অয়ো ইমা ঐ শিরেদনা অয়ো ইমা শিরেদন । চুম্নতা মাগী রাখল শল্লুবদা খুদি থিবসিনদি হাকথেংননা হৈ-রা পিজহ্নুা রাহৈ অমা অনীগা কাঁরল চল্লুরবদি ঐ চৈ চাবা শোযদে। মসিদি খলহৈবা জাৎ নৎতমাল্লে।

( হৈদো'ক্লবা পোৎ-চৈশিংহু য়েংলুরগা )

হরে হরে পোৎ-চৈশিংসি লোইরেদনা

( পোৎ-চৈ খুজংহুনা থাওদা হাপচিল্লিহৈদা যমুনা শনগ্রাস অমা হাপ্পহনা মখুত্তা লাহাৱক থর পায়রহ্নুা লাকই— কালানা তৌরিবহু য়েংচি )

যমুনা—কৈদৌরে তা কালা ?

( কালানা যমুনাদা খংয়েং য়েংই )

কালা—( ওইনহ্নুা ) ইবেম্মগী নমা'মক্কদা পোৎ-চৈ খুজংলিবমক্কদা করি হাঁয়না খুমজৌ হায়রিবনো ? ( পোৎ-চৈ খুনবা )

যমুনা—অহুবু করি তৌহ্নুা হৈদোক্লিবনো হায়বা ?

কালা রাখল অমদা তাউহ্নুা লাকপদা খুদি থিহ্নুা হৈদোক্লিব-নিদনা

যমুনা—করম্বা রাখল্দা তাউক্করিবা ?

কালা– ওম্মোক্লা কুপথগ্রেদকো মাগী......... ।

( রা মথ' তাদনা খংলেপ লেপ্পা ) তাওদে তাওদে ইবেম্মা ঐ কনাগী করি রাখলদম্নু তাওদে ঐ চৎচরগে। (চৎকে তৌবা)

যমুনা—ঙাইখোনে তা কালা ৱা অমত্তা হংহৌখিগেনে।

কালা—করি হায়গে ইবেম্মা ?

যমুনা—কোলেজ ছুটি থাখিবা পুংথাই অময়োম কাজিল্লকদোরে ঐনা হংগৎ-হন্দা চত্তুনা গাড়ী ঙাইরিবসে কয়াম কুইরবনো ? নং য়ুমদগী থোরকপা কয়াম কুইরে ?

কালা—ঐ রিক্সানা হৈ-ৱা লৈবা লাকপনি পুংমুক কারমলগনি। অতুগা গাড়িগী ৱাদি ইবুঙো প্রকাশনা ইবেম্মবু ওকপা চৎকনি হায়ত্তুনা য়ুমদগী থোদোকখিবা কুইরেনা। য়ৌরক্লনি;

যমুনা—অতুদি লম্বী লমখাংদা বেরা-শেরা তৌত্তুনা লৈরবরা হায়বনি।

কালা—অতুগী ৱাদি ননাই ঐ থংজত্রে। ঐ চৎচরয়গে ইবেম্মা।

যমুনা—চৎলম্মো চৎলম্মো।

কালা—গাড়ি শোয়দনা লাকনি। ( চৎখিবা )

( যমুনানা লম্বী ময়াদা লেপত্তুনা লাইরিক অমা পাত্নুনা লৈ, মতম অসিদা প্রমদ মখুৎ নামনা চুইকেশ অমা, মখুৎ নামদা লাইরিক খর পায়রত্তুনা তুং হয়া হয়া লাকই যমুনাদা থেংজিল্লি যমুনাগী মখুত্তগী লাইরিক ময়ামত্তু লৈপাক্তা তাবা, প্রমদকী মখুত্তগীসু লাইরিক তাবা ; যমুনানা প্রমদত্তা মিৎ থানা য়েংঙি )

প্রমদ—সোরি !

( যমুনানা বা নচেৎ অমত্তা ঙাংদনা প্রমদকী মৎজাইদা খুপাক্লা শেৎ লাওনা থাবা )

Thank you. ( মৎজাইদা খুপাক্লা নাক্লবা )

( লৈপাক্তা তাখিবা লাইরিকশিংতু মাগী মাগী থন্দোক্লবা—যমুনানা প্রমদকী লাইরিক অমা প্রমদত্তা লংশিল্লকপা—প্রমদনা লাইরিক ওক্লগা )

Thank you.

২য় - No mention please.

( কিংনা মাগী মাগী লাইরিক লৌনবদা প্রবদকী লাইরিক অমা যমুনাদা হেঞ্জিখিবা ; যমুনা ব' মচেৎ অমত্তা তাংদনা প্রমদতা মখিৎ ফরূপ ফরূপ য়েংলগা লাইরিক অমা পাহুনা লৈ ; প্রমদনা মাগী লাইরিক অচু অমা বাংপগী মওংদা লাইরিক মশিং অমুক খি যমুনাদা অমুক য়েংভি বা হায়গে তৌই ; যমুনাগী মতৌজুদা বা হায়বা ওমদে ; মতম অসিদা প্রকাশনা মাং খ'রহুনা প্রতিমা লাকই )

প্রকাশ—যমুনা, নং ওসিদি ওাইবদা য়াম্না মাররিনী।

যমুনা—ও'স করিগীনো অমুক থেংওক্লিবদি

প্রকাশ—লম্বীদা মরুপ-মপাং খর উনহুনা মচিৎ মচিৎ পল্লক্রে। লাকও চৎশি গাড়ি আ পার্কিংদা লৈহৌরে।

যমুনা—প্রতিমাদি করিগীনো ?

প্রকাশ—বাবানা মাগী শেৎ-চানবা কিরোল খর লৈবীরকই হায়দুনা ঐতোম্বা শিন্নরক্লি। নংবু যুম ভাম্না থিল্লম্লগা মাগা ঐগা অমুক লাকমীম্লবা তারি।

যমুনা - ইনাও প্রতিমাগী কি লৈবদি ঐসু চৎকনি পকচ-পকচগদবা ঐনা খন্দুনা লৈগনি।

প্রতিমা—ফরে, ইচেসু য়াওনা চৎমীম্লরশি। ইচেগা ঐগা তাম তাম্নহুনা লৈজবগে।

প্রকাশ—ফরে, ফরে, ঐ করিস্নু হায়জদেএ। নখোয় অনিগী য়াথং ইনবনা ঐগীদি ধর্ম্ম ওইজরে।

যমুনা—চৎলশি। ( প্রমদরোমদা য়েংলগা )

প্রতিমা, খাইশি হুই অভাওবা য়াম্না চৎপনি তুং মাং হন্না য়েংহুনা চৎচো।

প্রতিমা—ছুই অঙাওবা ! কিজরেদা ।

প্রকাশ—হে-রা, ঐ য়াওরি করিস্নু কিরুস্নু ।

( মখোয় অহুম চৎপা হৌবা )

প্রমদ—Brother, ভাবিরিবরা ?

প্রকাশ—Yes, please.

প্রমদ—হৌজিক Sister অসিনা তাকপিখিবা ছই অঙাওবা য়ায়া চৎলি হায়বহু Sister গী অরানবা য়াখলনি ; করিমত্তা কিবিরুগনু । অসুম তৌবনি Sister মা অসুম লেপ্তুনা নৌরিবৈদা অয়োক্পা ছই অতেবা অমনা অসুম চেল্লকপদা ইবেম্মদা হেক থেংঙম্মে অতুদা পাখৎখিবদগী ত্রেন্দা ইফেক্ তৌহুনা পংঙাং ঙাংবনি । Doctor অমবু

( যমুনা শাওবনা কি-কি কাপ্পী )

অমুক্তা কজনা treatment লৌহনবীয়ু ।

যমুনা—( শাওনা ) সেত্ অপ্

প্রকাশ—মী অমদা অতুগুম্বা য়াহৈ শিজিন্নবা হৌনদে । নংগী ফননবা হায়রগা ।

( প্রতিমাগা প্রমদকা শৎত্রিক য়েংনবা )

Brother, অঙাওবীসিগী য়াদা থোইনা য়ারৌবীগনুকো ।

প্রমদ—O ! Yes ঐ করিমত্তা mind তৌজদে ।

প্রকাশ—ঐখোয় চৎচরয়গে ।

প্রমদ—কনি, লেংবিরো !

( প্রতিমাদা মুয়া য়েংজবা )

প্রকাশ লাও লাও, চৎশি ।

(প্রকাশনা মাং থাদুনা যমুনাসু শাওয়ংননা চৎপা হোই ; প্রতিমাদি প্রমদপু চিংব-চিংব য়েংদুনা খোং থাংবোই থাংদবোই চংলি)

যমুনা—প্রতিমা, করি য়েংলিবনো নখোং অদু থর থুনা থাংদু চৎশি লাকও।

প্রতিমা—(খংবোই লাকপোই) হোই, ইচে।

(প্রকাশনা মাং থাদুনা যমুনা প্রতিমা চৎখরে ; প্রমদ য়েংদুনা লৈহৌই)

প্রমদ—মমিংনা প্রতিমা! মাগী মশক মতৌ উরুরগা অমদি মাগী মমিৎ অনিতুগী চন্নবা মিৎয়েং অদুনা ঐগী থম্মোই অসিদা মশক মমিং খংহৌত্রবা লাইবকথিবী ইচল অদুগী রাখলবু নিংশিংহল্লি। হ-হ-হ হ-অঙকপনি ; অঙকপা ঈশ্বরগী লিলানি। নোংমত্তদা পুংকম অমহুদা ঐগী থম্মোই অসিদা র থল অনি পোকহল্লি। অমনা যৌবনগী প্রেম! অমনা মচলগী মফমদা মবুংগী মমতা! (য়েংশি, ইবুঙো মানা শিল্লিবা পোরম উদবা থুজিনগী লাইয়ুমদা! য়েংশি ঐগী লাইবক্তা করি হায়না তম্লিগবা!)

## ঙৈবা উংপা

### য়ুম (নরেনগী)

মফম :—মাঙ্গোল মতম :—নুমিদাংবাই

(নরেন লাইরিক অমা পাদুনা লৈরম্মী ; খুম শাংনা হোম্বোক্লগা লাইরিক অদু খুমজিন্দুনা টেবিলদা থম্মী)

নরেন—কালা ! কালা, নংবু তারিবরাও ? মসিগী মচা অসিনা তৌবা শাবা অমা মীনা থরিং চানিংদবা মতম ; মতম তাঙ্গা ইচা চাদবদদি চা থকউ হায়রদুনা হেমক পুথোরকই, মীনা থাক্লং চানিংবা মতমদদি হেমক পুরক্তে। মসিগী মচাশি ওন্থোক্লা মথোং চাখিদ্রে।

(মতম অসিদা কালা চা পুথোরকই ; নিকথোকনরা হায়দুনা যাম্না ঙগা তপ্না লাকই)

(নরেননা হম্না তুনা য়েংদনা লাইবক অমা য়েংনা য়েংনা কালাবু অমুক কৌরকই)

কালা ! কালা নংবু করি তৌরিবগে ?

কালা—(যাম্না ইংনা তপ্না) ঐ করিসু তৌজদে ঐ চা পুজরক্লি।

নরেন—এঃ ঙসিদি কালা অসিদি জগোই শাবদা তাল কয়দেনা

কালা—(টেবিলদা চা থম্লগা ইঙক ঙক্লা) খুড়াইবুঙো, ঐবু কদাইদা জগোয় শাগ্রবগে ?

নরেন—(নোকুনা) হাই বুদ্ধু, নংনবুদি কদাইদগী জগোয় শাগদগে রাহৈনিদনা। হায়বদি নং অসি মতম অয়াম্বদা থবক তৌবদা তাঙ্গা মেঙ্গা খঙগন্দে, ঙসিদি খংলে হায়বনিদা।

কালা—( মুখম হোত্তুনা ) ননাই ঐদি মহুনা অমুক হেন্না জ্ঞান মন্ত্রে।

নরেন—( চা থক্লা থক্লা ) নংশি মহৌশাদি চা-মক্তা লোনথদা মতম চাদনা থক্লিংদবা মতমদা হেমক পুথোরকই অহুপা থক্লিংবা মতমদনা হেমক পুথোরক্কে। অহুবু ঙসিদি হায়স্নু হায়দনা ঐনা চা থোরাংবা থক্লিংবা মতমদা নং নশানা খঙনা চা পিথকই হায়বনিদ।

কালা—( নোক্লুন ) অহুগী ওইরে খুড়াইবুঙো?

( কালা ইমুংদা চংগে ভৌবা )

নরেন—কালা নং চংলবরাও?

কালা—ননাই ঐ ইমুংগী চাই-খোৎপা অমুক্তা লোইশিল্লকখিগে।

নরেন—ঙাইখোনে। ঙসিদি য়ুমসিদা রারি শাম্মীন্ননিংঙাই কনা জীব অমত্তা লৈত্রে। ঐগা রারি ঙহাক শাথিসি।

কালা—ননাই ঐগবু করি রারিবু শাগদগে?

নরেন—রারি হ'যববু অতৈ ক'রিস্নু নস্ত্রে।

সিনি। ( তি লি য়াংলিরগা ) লাওনে কালা, য়াংলেন অসি ঙহাক্তা পায়বো লাও।

কালা—ফনি। ( চংশিল্লক্লুনা নরেনগী সেবা ভৌই ) হায়দিরো করি রা ওইরবনে?

নরেন—অসিনি কালা ননাও প্রকাশস্নু মহৈ ভপ্পা লোইরেদো অহুনা ঐনা মতম কুইনগী মমাংদগী নিংঙকপা আশা অমা পা'থোক্লগে হায়না লেপ্লে।

কালা - খুড়াইবুঙোগী করম্বা আশা……।

নরেন—ননাও প্রকাশকা যমুনাগা লুহোংবিরে হায়রগা মখোয় অনিগী ফিভম অমা তানবা শেম্বীরম্লগে হায়না খনবগী রানিদা।

কালা—মচুদি য়ায়া ফবগী রানি। অদু ওইরবদি খুড়াইবুঙোদসু খর কোয়্লগনি।

নরেন—কালা, ঐঙোন্দা কোম্বা চিনবগী রা করিসু লৈতে। মখোয় অনিবু লুহোংবিরে হায়রগা ঐগী ইনাক্তা পুন্সি-সিমগী থমজবা শুম্লবদি, মখোয় অনিগী মতৌ য়ে লে হায়রগা মরাল লৈজদনা পিরু হুন্দোকপিরম্লবা ইচা অনি অদুগী নিঙমদবা মৈচাক অদু খর মথৈদি থাংবা শমগনিদনা।

কালা—খুড়াইবুঙো, ঙসিদি রা অমত্তা………।

নরেন—হায়রু করিনো?

কালা—ননাই ঐগীমমক্তদি করিমত্তা খনবীররোইদরা?

নরেন—করিবো?

কালা—ননাই ঐবু পুন্সিসিমগী নাম হ'ংন অমুম্মক লৈবা তারবরা হায়জরিবা…… ?

নরেন—( নোক্তুনা ) এ ভাব তাবে। অদুবু কালা, ইঙোমতা লৈবা হায়বসিনা থোইনা হেন্না রাগ শ ত্রনে?

কালা—এঃ! ( সেবা তৌবা তোকপা ) মচুদি শোইরেনা খুড়াইবুঙো।

নরেন—রেঙ্কু, ঐনা লৈরিবসে কয়া রাই শংনা লৈখরে।

কালা—খুড়াইবুঙোগীদি খুড়াইবুঙো ওইরে অদুগীসু মথক্ত অহলসু

ওইরবনি অচ্চগা ননাই ঐদি অয়ুক চাকচমাংগী পুজি ওইজরি হায়বদি পাখংনি হায়জরিবা।

নরেন—( নোক্নুনা ) হোই হোই খল্লশি।

কালা—খুড়াইবুডো খন্নবগী মহুত্তা অরেপ্পা ওইনা ঐদি আশা তৌজরনি।

নরেন—আই, মসিদি চাননা ঙাওরম্লবা জাৎনিনা।

কালা—ল্লা খংবিমন্দে হায়না ননাই ঐদি ল্লারৌজরম্লবনি। ( ওইনচ্চনা ) ঐগীদি হায়জরিবসিনি ইবুঙো প্রকাশকা ইবেম্মা যমুনাগা লুহোংবগী থবক অসি হেক পাংথোকপগা ননাই ঐগীস্থু পাংথোকপিদবা ল্লাজ্রবনি।

নরেন—( নোক্নুনা ) থানাগী ল্লারন্টদগী হেল্লেনা।

করে করে নংগী ওইবদা মডিক মপাচানবা নংনা পাম্বদো ঐঙোন্দা হেক হায়য়ু। নংগী কর্ম্মসিমা ইপা তোল্লম্লরোই।

কালা—( ইকাই-হঙ্গোইনা ) ঐগী ওইবদা মডিকচাবা ঐনা পামজববুদি ল্লাম্মা ইনক নক্সা লৈজরপোৎনিদা!

নরেন—কনানোনে? ( কালা ইকাইবা ) হায়য়ু কনানো?

কালা—মতম চানা হায়জগে। ( চংথিবা )

[ নরেন নোক্নুনা লৈহৌই ; মতমসিদা যমুনাবা মাং থাদুনা প্রতিমা চংলকই—মথুৎ-মথুৎতা মরোব অমমম পায়রকই ]

নরেন—হা-হা-হা অঙাওবসিদি।

যমুনা—কনাবুনো বাবা?

নরেন—হেরা, নবুং অঙাওবা কালাবুনিদা।

প্রতিমা—মান করি হায়রিবা বাবা?

নরেন—ওসিদি মানা ওস্তোকপা রা অমা হায়রে।
অচুগী নোকনিংহুনা চুম্না ইপানা নোকপনি।

যমুনা—তা-কালানা করি হায়রিবা ?

নরেন—করিসু নক্তেদা। নখোয় অনিদা লাক্লবদি প্রকাশতি কদাইদা লৈহোরে ?

প্রতিমা—ইচেগা ঐগবু লৈরক হায়জিনবা কাওবা থিনবীন্নবগা থবক অমা চৎলুখিনি হায়হুনা গড় পুহুনা চৎখ্রে।

নরেন—হেরা, ঐদি নখোয় হল্লকপা ঙাইহুনা লৈরম্লগা মানা গাড়ী অমুক পুহুনা চৎগ্রবোইবেশে। ঐনা খোংনা চৎপা তাববা। প্রতিমা, নংগীদি কবি করি লৈজরক্লে।

প্রতিমা—ইচেগা তান তানহুনা যান্না লৈরক্লে বঁবা।

যমুনা—তা কালা! তা কালা নংবু তাবিববা ?

(কালা ইমুংদগী থোরকই)

কালা—করি ওইববনো ইবেম্মা ?

যমুনা—পোৎ-চৈশিং অসি থর লৌশিল্লু হায়বনি।

কালা—কনি।

প্রতিমা—তা কালাদা হায়বিকদ্রবস্থ ঐনা হেক পুশিনবা যাবসিদ্র। তা কালা, নংগী তৌগদবা তৌজরুচো ঐনা পুশিল্লবস্থ রাগনি।

কালা—য়ে য়ে ইবেম্মনা করিগী তৌগদগে ইবুংনা পুশিগ্গনি।

নরেন—নখোয় অনিস্থ হল্লরুবনিনা ইপা অস্থরাই কাওবা চখেক-লুথিগে। নখোয় নিংথি নিংথিনা লৈরম্মু।

কালা—খুড়ইবুঙো।

নবুন—যমুনা, প্রতিমা হৌপা চৎলে!

যমুনা } —বাবা। (নবেন চৎখিবা)
প্রতিমা }

যমুনা—প্রতিমা, নংগী ফুরিৎকি অঙুম হৈরকপা অতৃগী মমুংদা শংবানবা অমা য়াওবতু ঐঙোন্দা পিরো। হয়েং অমুক নংগী হৈশি।

প্রতিমা - লৌ হৈদৌবগে। (কলানা যমুনাদা য়েংলগা পংনোক্তা নোকপা)

যমুনা—হৈদৌরে তা কালা?

কালা—করিস্তু তৌদেদা। (অমুকস্তু নোকই)

[প্রতিমানা করিনো হায়দুনা মখা পুৎদা কয়না য়েংজবা মিংশেল লৌরগা মখাই মমিৎ য়েংজবা! কালানা পংনোক্তা নোকই]

প্রতিমাস্তু ইঙক ওক্লে।

যমুনা - হৈদৌরবগে হায়বনি তা কালা?

কালা—(নোক্তুনা) অতুবুরাও ইবেম্মা। (নোকপা)

যমুনা—হাযযু হায়বনি। হৈদৌরবগে?

কালা—(নোক্লিংবা থাংতুনা) ইবেম্মবুনে বাবাননে লুহোংবিরনি হায়বনি

যমুন—(ইকাইস্নুংশি য়াম্লতুনা) ঐবু লুহোংবিরনি হায়বা?

কালা—উম। (প্রতিমানা লোম চংশিল্লকুনা যমুনাগী নাকতোন্দা খুদোনবীনা খিন্দুনো লক্লবা যমুনা খংবা)

যমুনা—(ইকাইবা হয়াওবগা লোয়নবা) ফুংঙাইতে তৌমু প্রতিমা। নবে, তা কালানা ঐ লুহোংলনি হায়রগা অমুক য়াম্না

হরাওরিবা করিগীনোনে ?

কালা—অহুবুরাও ( প্রতিমাদা য়েংজবা ) উম……… ।

যমুনা—হায়খুনে ।

কালা—অ…কবোক হৈবোক চাবা কংগনিদনা । অহুগী হরাওরিব। ।

যমুনা—( মঙক হায়রহুনা ) রাহু ঐ তানিংদেবো । করিনা হায়ববু কবোক হৈবোকীদমক্তা তা কালানা অহুক য়াম্না পুক্লিং মকা লায়া মুত্তাইবা হৌনদে ।

প্রতিমা—হোইনে তা কালানা রা অমা লোৎলি হায়বসে ঐস্তু খংজি । হায়যুনে অশেং অশেংবহু হেক্তা হায়দে কউনে তা কালা ।

কালা—থানাগী থবক তৌগদবা মীওইভাক্তা নিপী ওইনা পোক্নুনা হেক মাংভিলা ।

যমুনা—অহুগীদি রাকুম হৌজিকী মতম অসিদি নিপীস্তু থানা ওইরবনি অহুগী রা নত্তে । নংনা লোৎলিবা নপুক্তি রাহু ঐখোয়না খংনিংহুনা তৌবনি হেক্তা হায়দোকই ।

কালা—অহুবুরাও ? হায়ররোইদা । ( চংগে তৌবা )

প্রতিমা—হায়রমখোও ভাইখোইমী তা কালা ।

কালা- ইবেম্মা যমুনা লুহোংলবা মতু দা ····· ················

( প্রতিমা রোমদা য়েংলগা ) খুড়াইবুভোনা··· ঐবুস্তু ····· ।

যমুনা—( নোক্নুনা ) লুহোংখিরব'ন হায় । নক্কনে ?

কালা—মানি হোই ; ( হায়য়গা পোৎশিংহু পুরগা ইমুংদা-চেন-শিনখিবা )

( যমুনা প্রতিমা ইশি শিনা নোক্নুনা লৈহৌই )

প্রতিমা—ইচে, তা কাংলানা হায়রিবসিবু অচুম্বা ওইরিগদ্রা ?

যমুনা—বাবানা শোয়দনা তা কালাদা য়ারি শায়মগনি অচুনা হায়রিবনিদনা

প্রতিমা—অচুদি ইচে নংগী বর ওইগদৌরিবা নিপাদো মশক মমিং খংলবরা ?

যমুনা কবিনোনে মসিনা হায়রিবসিবু !

প্রতিমা—অচু হায়ববু ক'রি তৌই হায়বগে ? খংলবদি ঐগোন্দসু তাকউ অক ফত্ত তায়হৌশি হায়বনিদা

যমুনা—ইবেম্মা অক-ফত্ত মশক খংবী নংগা তানরুবগী থোইনা কান্নদ্রে ঐগীসু অফ-ফত্ত খন্নবগী পাজল চপচানা লৈজরে।

প্রতিমা—অচু ওইরবসু মশক মমিংতদি তাকপা য়াইদনা।

যমুনা—মহ'ক শোইদনা ওইরমগনি, কৈদৌরবগে ?

প্রতিমা—হাইমা মতা অমনিনা। মহাক অচুবু কনানো মাগী পরিচয় তাকউ হায়বনি।

যমুনা—পরিচয় ! পিশক পিক্লিভৈদগী হোনা শান্নরে শান্নমীন্নরক্লবা চারে চামীন্নরক্লবা ওসি কাওবা কনাদসু কোংদোকচক্রবা ইতোমতনা খংজবা মহাক্লি।

প্রতিমা—ঐদি নহানমখৈ খংদে ইচেদি মীয়োল নাম য়াংপোইরে। মশক মমিং হায়য়ু হায়রগা।

যমুনা—ইবেম্মা, হৌজিকশে মতম ফত্তেএ ঐগী ওইরে হায়বা তশেংনা খংজরবা মতমদা হায়দোকনিএ। য়াম্না পাম্মুনা থমজবা পোৎশক্লে।

প্রতিমা নংনা পাম্মুনা থমজবা পোং অত্থবু ঐনা লৌগে হায়গদ্দরাও ? করিস্নু লৌবীরোইএ।

যমুনা—নংনা লৌগে হায়রবস্নু ঐগী ইপোংপু লৌবা নংগী নতিকলাও ?

প্রতিমা—অত্থনবু ঐঙোন্দা মশক মমিং ভাকপদা কায়দে হায়বনি। শে, হায়ও হ্‌য়বনি।

যমুনা- প্র'তিমা, তশেংবা অওইবা রাফম মক্তি বাবাগী মচিন্দগী ভাত্রি। ঐনা নিংজরিবা মহাক অসি ওইরমগদরা হায়না আশা তৌকবগী রানি নহাক ইনাও'নি হায়দোকপদা করি অকায়বা লৈবগে! নহাক ফাওবদা হায়দোক্লুরগা মহাক অত্থ নংলমত্রবাদ য়'ম্ন কায়থরে চুম্না কায়বত্ত নত্তে। মাই অসিগা লোংননা মুর্মাসদা লৈবা ভম্বগী ঐগী পাঙ্গল লৈরবোইদবনি ম্নুম অসি থাদোক্লুনা চংপা ভাগনি ঐগী ইচিন্দগী ভাত্রবস্নু মন্নাইনা খংজরক্লগানি, তাজরক্লগনি।

প্রতিমা—ফরে, ইচেগী নিংজবদো শোয়দনা ওইরম্বা ওইশম্নু ওইরম্বদা ঈশ্বরনস্নু থৌজানবীবা ওইশম্নুকো ইচে।

যমুনা—( য়াম্ন ইখৌ লাংন-লাংতক্লনা )

প্রতিমা, নংগী চিন্দুং ইন্দুনা মহাক অত্থ ওইরম্বা থোক্লবদি নংনা তৌ হায়বা অমা ইচেনা তৌগদবনি।

প্রতিমা—অত্থদি মহাক অদো শোয়দনা ওইহল্লগে রাশকই।

যমুনা—( হয়াওবা অমদি মুংনা·বগা লোয়ননা ) সত্য, মহাক্তা ওইরম্বা ওইশম্নু নংনা হায়বা অমা ইচে য়ানি। ফরে, ঐগী লোইরে নংগী পাড়া অমুক লৌথরশি।

প্রতিমা—ঐগী পাড়া হায়বদি ?

যমুনা—নংগী মী অদুগী মরমদা ইচেবুস্থ তাইল্লু হায়বা !

প্রতিমা—( মমিৎ লাওথোক্তুনা ) করি, ঐগী মী !

যমুনা—নমিৎকা লাওথোক্তুনা করিস্থ কাররোই ইবেন্মা। শে ইচেদা হায়বু নংগা প্রেম লৈনবা মীশক অদু কনানো ?

প্রতিমা—হাইমা, ইচেশি চান্নকা হেক্তা............।

যমুনা কাগী নত্তেএ। শে হায়বু, করিগী ইকায়রিবনো ? হায়দোকওস্মী নংবু

প্রতিমা- কপিদা খুদৈ কংদে হায়ংতু অসি ওইবে।

যমুনা—করিবো ?

প্রতিমা—হাযদে নংগী দথাক্তু ঐডোন্দা অমুক তারে হায়বা।

যমুনা—(নোক্তুনা দথা লানফংগী রাকা করিমত্তা ঐ তানিংদে। নংগী মী অদু ওাসগী কুমিত্ত ঐঙোন্দা মশক মমিং তাক্তবা যারোই।

প্রতিমা—( মথুৎ জুর ভোত্তুনা ) ইচে ঐ লাপ্লরে। সত্য ওংস কাওবদা ঐগীন হায়বা থম্মোইগী রাকম শেংদোক্লবা মীশকা অমত্তা লৈজদে। চুমতগী ঐতনা নিংজক্লবা মীশক অমদি লৈ। মতুস্থ হায়দোকপা ইকায়জৈ। ( চৎকে ভোবা )

যমুনা—( নোক্তুনা প্রতিমাবু কায়গা ) নং হায়দোক্লমলবা স্থকয়া যারোই।

প্রতিমা—মাই ইচে, ঐ হায়দোকপা ওগ্রোই।

( যমুনাদগী নামোক্তুনা প্রতিমা চেনখিবা যমুনা নোক্তুনা লৈহৌই )

যমুনা—( নোক্লা নোক্লা ) নং লৈরম্মু খংগনিদনা। নংনা হায়দোক্লবা ওম্বরা রে শি।

( চংকে হেক ত্তৌবদা প্রমদ চংলকই মথোর অনিময় চপ চপ লেপ্পী শংঙ্কিক য়েংনৈ )

য়াম্ন লম হেনবা ভাওশিন্নবা মীশক অমনি হায়না শো তোবা লাক্লিবরা ?

প্রমদ—Sister গী য়ুম্বু অসিদা ওইরবরা ?

যমুনা - থংন থংন ঐত্তোন্দা ওংপা লাক্লিবরা হায়রবু······ !

প্রমদ—Sister গী য়ুমনি হায়বা থংলম্নবদি ঐ চংজরক্লম্মোইদবনি ।

যমুনা—অদুদি হনবীরোদনা ।

প্রমদ—য়ুম অ'সদা চংঙকপগী ঐগী মরম অমদি লৈ : ইবেম্মগী-দমক্তা নত্তে ।

যমুনা লম্বী শোরক্তা নিপা নহানি হায়দুনা ঊশিংশিন্নবম্ন মকম্সিদি য়ুমনি অহল-লমন পাল্লি হায়বসি কাওবীগদ্রু !

প্রমদ—অহল-লমন পাল্লি হায়বা থংন থংন ঐ চংজরক্লিবনি ।

যমুনা—( শাওনা ) You ! Uncivilised.

প্রমদ—Thank You. ঐনা লাকচরিবসি য়ুম অসিগী য়ুমুরেলবু উনবা লাকচরিবনি ।

যমুনা—য়ুম অসিগী য়ুমুরেলদি কনানো হায়বা মশক থংবরা ?

প্রমদ- থংত্তি ; Retd. সেসন জজ নয়েন নত্রা ?

যমুনা—মানি ; অদুনা য়ুম অসিগী ইকায়খুম্নবদি থর উংপিবা কৈ ।

প্রমদ—মশাবা ভাবনি । অচুম্বা হায়রবদি ঐথোয়স্থ অদুম কোনো ত্তৌজগনি ।

যমুনা—থায়া থবক অমা চথোকথরে । অদুনা হায়বিরমগদবা য়াদু ...কোনা হায়রম্নগা চংখিদনা অদোমগী মতম মাংলোই ।

প্রমদ—নত্তে, ইবেম্মনা ঐবু অসুক য়াম্না তাল্লিবা লৈহক্লিংজ্রিবটস করি মরমগীনোনে ?

যমুনা—অদোমগী শাজৎ-লিচৎননি।

প্রমদ—ঐগী শাজৎ-লিচৎনা করি তৌরবগে ?

যমুনা—মহুগী মরমদা explain তৌনিঙাই ঐগী মতম লৈতে। অহুনা হায়রমগদবা রাহু হায়রম্লগা থুনা-য়াংনা চৎখিবনা অদোমগী মায় পাকনি।

( মতম অসিদা নরেন চংলকই )

প্রমদ—Sister দা হায়রম্বনদি ঐগী বেনিফিত লৈতে। [illegible]সিগী যুম্বু'রল উনবগা হায়জগদবা রাকম্নি।

নরেন—যুমসিগী যুম্বুরেল অদো ঐনি। করি হায়গদবনো ?

প্রমদ—নমস্তে খুড়াইবুঙো !

নরেন—নমস্তে।

( নরেননা প্রমদকী মথক উবদা পুক্লিংদা থুক লাওবা পোকপা ; প্রমদকী পুক্লিংদসু পোকপা, শংত্রিক য়েংনবা )

যমুনা—বাবা, মহাক অসি.........।

নরেন—ঙাইখো যমুনা। ( প্রমদতা ) ইবুঙো, করি মরমগী ঐবু উনবা লাক্লিবা ? ( চেয়ারদা ফম্বা ) লাও চেয়ার অসিদা ফম্মু লাও।

প্রমদ—য়াম্না নুংঙাইজরে। ( ফুরিৎখাওদগী চিঠি অমা লৌখোকপা )

নরেন—নহাক্না লাকপগী মরম করিনো ?

প্রমদ—চিঠি অসি পাবিরগা মরোল পূন্নমক খংবিগনি।

( চিঠি অহু নরেনদা পিবা )

( নরেনবা চিঠি অদু ফাকুনা পান্নিডুদা যমুনাগা প্রমদগা ইশিং থৌওইনদনা রেংনবা )

নরেন—ইবুঙো নহাকপু জিরিদা পোকপরা ?

প্রমদ—হোই।

নরেন—ওঝা জ্ঞানেশ্বরবু হৌজিক ফাওবা ওঝা ওইরিবরা ?

প্রমদ—ওইরি। অদুবু অহল য়াম্না ওইরে।

নরেন—খুড়াম্না জিরিদা চহি তরুক তরেৎ থবক তৌদুনা লৈরম্মী। পুন্সিদা খ্বাইদগী মুংশিবা করিনো ? পুন্সিগী হৌখিবা মতম্না জিরিদা চহি তকক তরেৎ লৈরিডুদা ঐগী পুন্সিদা থোকখিবা অরা মুংশিগী থৌদোকশিংদু নিংশিংলুবদা পুক্নিং অসিদা ইলাং-লাংজি থম্মোই অসিদা কপ্পিংবা পোক্লি।

প্রমদ—অচুম্বনি খুড়াইবুঙো।

নরেন—ওঝা জ্ঞানেশ্বরনা চিঠিদা হায়রকুনা নহাকী মিংদি খংলে নংবু পোকপা বাবাগী মিংদি করি কৌই ?

প্রমদ—ইমানা হায়রবদি ঐগী বাবাগী মিংদি নিলমণি কৌই হায়। অদুগা ঐ মক্তি বাবাগী শক-চু মুম্না খংজহোদরে। ঐনা পিশক পিক্লিডুদা বাবাদি সংসার থাদোকুনা লাইরৈপাক তানখি হায়।

নরেন- বাবা লৈত্রবা।

প্রমদ—লৈখিদ্রে। ঐগুম্বা লাইবক থিবা মচা অমনা ঙসি মী অমা ওইজবা ওয়কইবসি চন্দ্র কৌবা ঐখোয়গী খুড়াশিং অমগী য়পালদগীনি

নরেন- ঐ লোইনা খংলে। ঐগী পুন্সিদা মখোয়বু অমুক হল্লা থেংনগনি হায়বসি থাজদরে। অমম্বদা মাবগা চপ মান্নখরে।

প্রমদ—করিনো হায়বিরিবদে' ?

নরেন—হ-হ-হ করিস্থ নত্তে। অঙাওবগী চোইরোলনিদা। প্রমদ, জ্ঞানেশ্বরনা চিঠিদা হায়রক্লিবা মরোল পুম্নমক ঐ খংলে। নঙাক্লা খংনিংবা পুম্নমক হুম্মিৎ খুদিংগী ঐগীদা লাক্নুনা ঐগা তান্নরবা য়াগনি •

প্রমদ খুড়াইবুঙো।

নরেন—যমুনা, লাও নখোয় অনি শক খংনহনগে—য়েংঙোই, মহাকী মমিং প্রমদ কোই ; L. L B পাশ তৌরবা মীশক্লি ; ঐ অসিবু সিনিয়র এদভোকেত্ অমনি হায়হনা জিরিদগী ইম্ফাল ত'ম্না লাকুনা ঐঙোন্দগী এদভাইস লৌবা লাক্লিবনি। অদুগা প্রমদ, মহাক অসি পিশক পিক্লিঙৈগী ঐনা ইচাশক্লা য়োকচরক্লবনি। মমিংনা যমুনা কোই হৌজিক B.A. তম্লি।

প্রমদ নমস্তে।

যমুনা—( শাওরুংননা ) নমস্তে।

নরেন—প্রমদ, ঙসিদি মুম্মিৎ তাশিল্লক্লে অদুনা নংগী লৈকম চাকমনচিংবসি হয়ে অমুক ইপাগা চৎমীন্নরগা য়েংমীন্নসি, ঙসি মুংদাং অসিদি ঐগীদা পোথারো।

প্রনদ—লাইবক ফবনি।

( প্রমদনা যমুনারোমদা য়েংবা যমুনানা শাওনা য়েংঙই )

নরেন—যমুনা !

যমুনা—বাবা !

নরেন—প্রমদকী লৈকম চাকম অসি করম্বা কা-মা মুংঙাইগদগে নং অমুক্তা য়েংলু। অছুগা চা-মুংকাসু লোম্লবা খর তৌদনা; চংলো চংলো ননাও প্রতিমাগা তান্নচুনা নংনা ফনবা শিল্লুরো।

(যমুনা প্রমদতা শাওনা য়েংছুনা চংখিবা, প্রমদনা বা ভাংদনা কযদৌই হায়বগী মওংদা মাই-না উৎপা; প্রমদ! (প্রমদ থংবা)

প্রমদ—খুড়াইবুঙো!

নরেন—ইমুংদা চা-মুং থকুনা পোত্থারুরশি লাও।

প্রমদ—ফনি। (নরেননা মাংথাছুনা প্রমদসু চংখিবা)

# ৫ শুবা উৎপা

## মুম (নরেনগী)

মকম :—প্রকাশকী কা; মতম :—অমুক

টেবিল, চেয়ার, আলমিরা, লাইরিক হাপ্পবা উপুনচিংবা লৈ; প্রতিমানা পোৎ-চৈ লোইশিন খোৎচিন্দুনা লৈ; মতম অসিদা কালা চংলকই;

কালা—ইবেম্মা প্রতিমা।

প্র[illegible]—করি হায়গে তা কালা?

কা[illegible] পুম্নমক্তা থবক্তা ভৌছুনা লৈবা, নংনা ওহাক্তা য়োনা [illegible]খাত্রিবসি করিগীনো? চংলু চংলু পোত্থাজক ঐ ভৌবীগে।

প্রতিমা—করিসু রাদেদা। তাদগী ভৌগদবা ভৌবীরুচো।

কালা—নংগী নাত্তোন নাকচিদা হুমাং মরিক মরিক কাহুনা থবক নোম্বা উরগা ইবুংগী থরাই অসিনা য়েংবা মুংঙাইজহুনা হায়রজবনিদা।

প্রতিমা—অহুবুদি ঐসু খংঙে। তাদা মঙাইরে ঐবু পুক্নিংশেংনা মুংশিবীরিবসে

কালা—( হন্নাওজহুনা ) মহু ফাওব'দ নহাক খংবোইরে ?

প্রতিমা—মহু ফাওবা খংবা ওমত্রবদি ঐদি মী নত্রেদনা ?

কালা— ঐদি খংবিরম্মোইদরা নিংলুরেদা। ইমুংগী কুপ্নোম নোম্বদা রাররিনী—চা-থক্লিংবরা ? লোল্লুগে।

প্রতিমা—চা-দি ওক্লে! তা কালানা পিজগে হায়রগা বোড়া ফোং ফোং শাবা থজিক্তং পিজৌ।

কালা—চাগেদা হায়মু হায়রিবনি। ইবু'না লৈরুহুমঙাইদনা।
( চংকে তৌবা )

প্রতিমা—হাইমা, কাগী ভৌবনে তা-কালা।

( মতমসিদা প্রকাশ চংলকই )

কালা—অস্নুক নকপা হোটেল অসিবু মিংকুপ্পদা কং পাইরকনি।

প্রকাশ—তা কালা, কদায়দা চংকদৌরিবনো ?

চা থকশিনা।

কালা - ইবুঙো, ঐ প্রতিমাগী বোড়া অমুক্তা লৈবীরুখিগে—কুইরোই, কং পাইরকনি। ( চেনখিবা )

প্রকাশ—( নোক্নুনা ) অঙাওর্বাসিদি।

প্রতিমা—ঐনা কাগী ওইনা বোড়া চানিংঙি হায়রুরে। অহুনী চেনখ্রিবা।

প্রকাশ—অঙাওবনে।

প্রতিমা—চা থক্লিংই হায়বদাই? চা লোল্লুগে।

প্রকাশ—কাদা লাক্লগা মরাইনা লোঙরনিদা।

প্রতিমা—ঐনা লোনবদি করি তৌই? খংলে, ঐনা লোনবা থক্লিংদভুনা তৌরিবনি।

প্রকাশ—হাই, মসিদি জাৎ অমনিনা। অশুক য়ায়া শাওগনবা অসিবু।

প্রতিমা—শাওরিবনি

প্রকাশ—মুমিৎ খুদিংগী নংনা লোনবা চা, নংনা পুরকপা থজোম থক্লিবতুদি?

প্রতিমা—হৌখিবগী রাবুদি! ঐনা শাওরিবদি ঙসিগী রানি।

প্রকাশ—ইবেম্মা, ঐ লাঙরে। (চংশিল্লক্লগা) মীনা লাক্লে হায়রবা কাওবদা শাওবা ফক্লিবরনে? (মশম পায়ভুনা) খুম্মো।

প্রতিমা—মীগী শম-না পায়বসি পামজপ্রবোইরে।

[illegible]-শাওক্রে হায়ক্রিবা কাওবা ঙসিদি নশম অসি থাদোক-লোংদবনি। হায়ও, খুম্মো।

প্রতিমা-শাওক্রে; থাদোকও।

প্রকাশ—(মশম থাদোক্লগা) কমদৌই, নংনা ঙম্রদো?

প্রতিমা—(প্রকাশতা য়েংলগা) কয়া নাপ্রবনোশে!

প্রকাশ—(কা অমরোমদা য়েংলগা) ঙসি ঐগী ফমুং অসি কনানা [illegible] লোইশিল্লী?

প্রতিমা কৈদৌরবগে?

প্রকাশ—হায়দা হায়য়ুবা

প্রতিমা—ঐননে য়েংবা মুডাইঙ্গরা ?

প্রকাশ—বা ! অসুক নিংথিজনা শেমজিন লোইশিনবা ফমুং ডসি উবসি ডাইরি।

প্রতিমা—হেক্তা হায়জিল্লী।

প্রকাশ—হায়জিনবগী রা নত্তে। নংনা ডসি শেমজিল লোইশিল্লীবা ফমুং অসি পুক্লিং অসিদা করিগুম্বা অমা নিংশিংডকই।

প্রতিমা—করি নিংশিংডকইবা ?

প্রকাশ—বসন্ত কৌবা মরূপ অমগী লুহোংবগী নোংডানবদা মাগী মুপী অনৌবীতুনা শেমজিন লোইশিল্লম্বা মরূপ অতুগী ফমুং অতু নিংশিংডকই।

প্রতিমা—অতুদি নহাকস্থু লুহোংলোদনা।

প্রকাশ—করি হায়বা ?

প্রতিমা—লুহোংলো হায়বা।

প্রকাশ—নিপীবু লৈত্রিনে।

প্রতিমা—ময়াম চংতুনা থিগনিদনা।

প্রকাশ—থিববুদি থিগনি হায়ববু অস্থুয়া ফমুং ফামুং শেমজিন লোইশিনবা হৈবী নহাকুম্বী কংগনি হায়বসি থাজদ্রেব্রো।

প্রতিমা—ঐবু ওস্থোক্লা ৱাংনা থাঙ্গৎপিরেদা।

প্রকাশ—নগুলনা থাঙ্গৎপনি থাঙ্গৎনিংঙি হায়রতুনা মী অমবু হেক্তা থাঙ্গৎপা য়াবা নত্তেদা।

প্রতিমা—হোয়নে হোয়নে, নহাকী চিন্দুং ইন্দুনা পুজিনী অয়াংবা থাক্তা লৈজগেকো।

প্রকাশ—ঈশ্বরনা ওইহনবীবা ওইশস্থু।

প্রতিমা—য়েংঙোই, রা অমা তারবরা ?

প্রকাশ—করিবো ? ( মতমসিদা যমুনা চংলকই )

প্রতিমা—বাবানা ইচে যমুনাবু লুহোংবিরনি হায়দো।

প্রকাশ—অছুদি যমুনা গোংলবা মতুংদা নংগী পালি তারেদো।

যমুনা—মানি মানি ঐগী হেক লোইবগা মাসু হোংলগদবনি।

( মখোয় অহম নোকমীন্নবা )

প্রতিমা—ইচে, ময়েকৌদি খ্বাইগী অহল দাদা হান্না হোংগদবনে।

যমুনা—Yes, correct. ( প্রতিমা যমুনা নোকমীন্নবা )

প্রকাশ—ছুৎ ! নখোয় য়েংঙু।

( মতম অসিদা কালানা বোড়া ময়োম অমা পায়ছুনা চংঙকই )

যমুনা—তা কালা, করিনো নংনা পুরক্লিবদো ?

কালা—বোড়ানি ইবেম্মা।

যমুনা—কনানা চানবা……… ?

প্রতিমা ঐনা কাগী ওইনা হায়রুরে অছুদা হোটেলদগী লৈগনি হায়ছুনা চেনখ্রিবা।

যমুনা—অছুদি ঐখোয়সু চাবা য়াইদনা ?

কালা—য়াই ইবেম্মা। প্রতিমা শে।

প্রতিমা—তা কালানা অসুক রানা লৈরুরগা চাদবা য়ারিবরদো। ( কালাদগী বোড়া লৌছুনা, হাংদোক্লগা ) শে ইচে নংগী শরুক। ( যমুনাদা খর পিবা )

প্রকাশ—ঐবুদি পিজরোইদরা ?

প্রতিমা—চাগদরনে ?

প্রকাশ—পিজনিংঙ্গগা তোকত্ত কৈদৌবগে ?

প্রতিমা—কনানা পিজনিংদে হায়রবগে অমুক য়াম্না য়ারোঁচাওবা-
সিবু শে চারোনে, শে লৌরো। (প্রকাশতা বোড়া অমা
অনি পিবা)

প্রকাশ—(খুৎ-মোৎকনি। য়াদা হেক্তা............। (প্রকাশনা
ময়া কাখোক্নুনা ঙাইবা) শে ইল্লো।

প্রতিমা—ইমাইপেম্মা শে চারোশে।

(বোড়া অনি অহম প্রকাশকী ময়াদা ইনশিনবা খোঁযোম থনমনগ্রহুনা
প্রকাশনা বোড়া অহু উমশাইনবা; মতৌ অহু উবদা যমুনা প্রতিমা
কালানা লোকপা):

যমুনা—কমদৌই, চানিংমল্লি? লাও প্রতিমা, ঐখোয় অনি থবক
অমা তৌরুশি।

(মখোয় অনি চৎপা হৌই)

কালা—ঐগী বোড়া শরুক্তি?

প্রতিমা—হায়মা, তা কালাসু চাগত্রাও? লাও-লাও তা কালা।

(যমুনা প্রতিমা চৎখিবা)

কালা—চাদবদি? (চৎকে তৌবা)

প্রকাশ—ঙাইখো তা কালা।

কালা—ইবুঙো ঐ বোড়া অমুক্তা চাহৌরুখিগে। (চেনখিবা)

(প্রকাশনা অসুম কোয়েং য়েংবদা টেবিল মথক্তা লৈ মনম হুংশিবা
অমা থেংনবা; মহু তাপ পায়হুনা মনম নবা)

প্রকাশ—বা! লৈ অসিগী মনমসিদি! মসি প্রতিমানা কাওহুনা
থনম্না ওইবা তারে। প্রতিমা! করম্না (মতম অসিদা
নরেন চংলকই) হুমিৎ থাদা মাগী মকমদা ঐগী পুরিস্কি

আশা অসিবু কো'দোকপা ঙমগবা! ঐগী পুক্নিং অসি ওন্থোক্লা শোনথ্রেদা! ঐগী অৱাবা পোৎলুম অসি কনাদা হায়বগা কনানা লৌথোকপিগনি।

নরেন—প্রকাশ, নংগী অৱাবা পোৎলুম অহু ইপানা লৌথোক্কনা কনানা লৌথোকনি।

প্রকাশ—বাবা!

নরেন—অচুম্বনি ইপানা ৱাখংদবা অমা ওইবনা নহানমথৈ নংগী পুক্নিং খংলুদ্রে। তাও প্রকাশ, ইপাগী মতম কুইনগী মমাংদগী নিংঙকপা আশাম্ব নংগী পুক্নিং অহুমক্নি। নহাক্না মাগা লুহোংলগদবনি

প্রকাশ—( ইকাইবা অমস্তুং হরাওবগা লোয়ননা ) বাবা!

( চৎকে ভৌবা )

নরেন—ঙাইখো হায়গদবা ৱা লোইত্রি। প্রকাশ, ইপাগী পুন্সিবা চাওরবা পাপ অমা লংজখি। পাপ অহুগী প্রাইশ্চিৎ ঙসি ফাওবা লোইত্রি। নহাক্না যমুনাগা লুহোংবিরগা ঐগী সম্পত্তি পুন্নমক অসি নখোয় আনিগী মকমদা শিন্নবা ওন্নবদি চাওরবা পাপ অহুগী মপুংফাবা প্রাইশ্চিৎ ওইরনি হায়না আশা তৌই

প্রকাশ—( নিংবা কায়বা অর'বগা লোয়ননা ) বাবা!

নরেন—চুম্মী নহাক্না ঙককম থোকই। নহাক্না ঐগী ৱা অসি ত'রগা নথৱাইদা নুংঙাইতবা পোকপা ম্রাই অহুবু নুংঙাইতক্ন করিস্থ লৈতে। যমুনা অমস্তুং নহাকপু ইচাশক্না ঙী-মতুমদগী ঙাওননবা মী ওইননবা য়োক্লকপনি। করি মরমদগীদো

হায়বদা পিশক পিক্লা মরাল লৈজদনা হন্দোকপিরম্বা মীচা অনিতুগী মকমদা লানথিবা পাপ অতুগী প্রাইশ্চিৎ অতু নং অমদি যমুনাবু মী অমা ওইনবা শেমজরকপগী মহৈনা ওইগদরা থস্বুনা ঐগী লৈজবা পূম্নমক নথোয় অনিদা কথোকে হায়না লেপথরে।

প্রকাশ—বাবা !

নরেন—অতুনা যমুনাগা নহাক্তা য়াম্না থুনা লুহোং-থোংদোংনবা হোৎনরগনি। অতু ওইরবদি নংগীসু নিংবা থুংলেদনা—ইপাগী লাইনিং মপুং ফারে।

প্রকাশ—বাবা, রাকম অসি অরেপ্পা অওইবা ওইনা……… !

নরেন—অহল মতম ওইরবসিদা ওইদবা রা ভাংলুতুনা করি ভোগদগে ? ঐনা হায়রিবসে অরেপ্পনি ; যমুনাগা নংগা লুহোংবিরগনি।

প্রকাশ—অতুদা বাবা………… ।

নরেন—মসিদা নংনা করিসু ইকাইনিংভাই লৈতে। ঐগী পুন্সিগী থৌদাং অসি পাংথোকপদা নং অমদি যমুনানা হরাও-হরাও মতেং পিগদবনি।

প্রকাশ—ইকাইবগী রা নত্তে বাবা। রাকম অসি মীগী মমাংদা ফজদবা অমা থোক্লোইদরনে বাবা ?

নরেন—ফজদবা হায়বগী অর্থদি ?

প্রকাশ—ঐনা হায়জগদৌরিবা রাকম অসি বাবাগী য়াথং থৌওইদবা হিকতোকনিংবগী রা নৎচদে। পিশক পিক্লিদৈদগী হৌনা ইচিল-ইপ্যাওয়া বাবানা কোম্লুনা লৈমীম্নরক্লগা মীনা করি হায়নখিগদগে ?

নরেন—মীনা করি হায়নগনি, মখোয়গী করি মখৌ লৈগনি ঐনা নখোয় অনিবু চাওননবা মীওইনবা য়োকচরকপগী ঐগী পুক্লিং, ঐগী আশা মখোয়না থংবা হৌনবরা ? মদে কায়দবা য়ারেহ্নি।

প্রকাশ - বাবা !

নরেন—মীনা করি ঙাংনগদগে—মীনা করি হায়নগদগে হায়বগী মরমদা নৈনরুত্থনা নংগ ঐগা কোক শারুবগী কায়বা লৈত্তে যমুনাগা নংগা লুহোংবা হায়বসে ঐগী পুক্লিগী অরেপ্প ব্রতনি অহুগা নংস্থ ঐগী য়া ইনবনা নংগী তৌগদবা ধর্ম্মনি

প্রকাশ—বাবা !

(মতম্‌সিদা কালা চংলকই ইশুক ঙক্পা য়েংহুনা তাহুনা লৈ)

নরেন—য়া মথা তাগনু। য়াক্‌থ অসিদা নংগা ঐগা নৈনবসি কয়া মুংঙাইতনা থোকই। অহুনা মনা মনিল নাইদনা ঐন হায়বদা নং ইনগদবনি।

প্রকাশ—বাবা, নচাবু উশিং থৌওইদে, হায়বা ইন্দে হায়হুন পুক্লিংদা থোইনা য়ারৌবীবস্থ তৌগীগনু। যমুনাগা ঐগ লুহোংবা হায়বসি ঐগী ইকমদদি ওস্তোক্পা অয়াবগী মশব ওইনা থোকখবে।

নরেন—লুহোংববু অয়াবগী মশক্তি হায়রিবসিবু মীনা ভাবদ নংবু অঙাওবনি হায়রগনিনে। নত্তে নংবু লম্বোইরগে হায়রিবরনে ?

প্রকাশ—বাবা !

নরেন—ফিলোসোফি লৌবা মীদি মাঠা ক্রেক চুগল্লি হায়মবসি চুম্মীদনা। হায়য়ু-হায়য়ু যমুনাগা লুহোংবদা নংগী অরাবা করিনো ?

প্রকাশ—বাবা, ঐগী অরাবসি ফোংদোকনিঙ্গাই মচাকস্তু লৈজদে অত্থুগা বাবানা উবিবদস্তু থর রানা থোক্লগনি। বাবানা ঐবু হায়বা ইন্দে হায়হুনা রারোবীবা শাওবীবা তৌবীগনু। যমুনাগা ঐগা লুহোংবগী রাকম অসি Drop তৌবীয়ু। ঐঙোন্দা অমুক হন্না তাকপিগনু।

নরেন—প্রকাশ!

প্রকাশ—রাকমসিদা শেংগা মাইগা হায়হুনা বাবাগা ওনশিন্নহুনা ঙাংনবস্তু মাই অসি পুবা গুমজদে।

নরেন—(শাওনিংবা অমদি মথরাই মুংঙাইতবদগী) হা-হা-হা ঐ খংলে—ঐ লোয়না উবা ফংলে। পূন্নমক অসে ঐগী ইরাল ঙাক্তনি।

প্রকাশ—নত্তে নত্তে বাবানা করিগী লানগনি। লাল্লিবদি হায়বা ইন্দবা নচা ঐনি। অত্থুবু................।

নরেন—প্রকাশ, নহাক অসি হেক পোকচবা ইচা ওইরম্নবদি ঐনা হায়বদা নহাক ইল্লমগদবনি।

প্রকাশ—বাবা!

নরেন—নহাক্না ঐবু মাইথিবা পিরম্লোইদবনি। নপুক্নিংনা রানিংত্রবনিনা ঐগী অনিংবদগী মাইথিহুনা হনবা তারেমনা। পুন্নমক অসে ঐগী ইরালনি। ইরাল অসি ঐনা রাবা ঙাই।

প্রকাশ—বাবা, নহাক্কী ননাক্তা লৈবা ওমদনবা অহু য়ৌনা তাক-
পিগনু। বাবানা হায়রবা খুদিংমক্তা হিক্তোচরক্তি্রবা নচা
ঐনি, ওসিগী য়াকম অসিতদি নচাবু ওাকপিয়ু। অদুগা
বাবাবু (মতম অসিদা যমুনা চংলকই) ওসি কাওবা হেক
পোকপা ইপা নত্তে হায়দুনা পুক্লিং অসিদা খঙ্গরক্তি—
অদুগা পুন্সিসিমগী খনস্নু খঙ্গরোই। (থোকখিবা)

(নরেননা প্রকাশপু কৌদুনা থামগে তৌই, থাবা ওমহোদে—
নিংওবদদুনা মুংঙাইতনা লৈহৌই)

কালা—খুড়াইবুঙো, ইবুঙো প্রকাশকী য়া অসিবু............।

নরেন—কালা, মসে অতৈ করিসু নত্তে—পুম্নমক অসে ঐগী
ইপাপননি।

যমুনা—করি ভৌরবগে বাবা?

নরেন—(যমুনাদা শংত্রক য়েংলগা) নংগী তা কালাদা হংঙু।
(মুংঙাইতনা থোকখিবা)

যমুনা—তা কালা, দাদা প্রকাশনা করি হায়রমদুনা বাবানা অসি
য়ৌনা মথয়াই মুংঙাইখিত্রিবনো?

কালা—যমুনা, বাবানা মুংঙাইখিদবদি খক্তিক্তনি—ঐনা য়া অসি
তন্নগা নহাক্না থোইনা হেন্না মুংঙাইরোই। মদুনা য়া অসি
ঐ নঙোন্দা তম্নিংদরে। (চৎকে ভৌবা)

যমুনা—করি য়ানো তা কালা মুংঙাইরোইদবগী মরমদুদি হান্না
খংদোকপনা ফত্রনে? য়াদু ঐবু তাহন্নু। হায়ও তা কালা।

কালা—নহাক্না প্রকাশকা লুহোংবগী য়াকম অসি বাবানা হৌদোক-
য়কপদা প্রকাশনা য়ানিংদবগী মোট পিরম্মী।

যমুনা—( খাই লাওবা নিংবা কায়বা ) তা কালা, মহাকা ঐগী লুহোংবগী য়াকয়সিদা প্রকাশনা য়ানিংদে হায়বসি মথা অমুক লৈতবা অরেপ্পা য়াকয় ওইনা হায়রম্ববরা ?

কালা—অয়োইবা থাক য়ৌনা ঙাংমখিবতুনবু বাবানা অসি য়ৌন মথয়াইশোক্লা মুংঙাইখিজ্রিবনিদনা ।

যমুনা—( ইকাইবা অমসুং পুক্লিং মুংশিবগী মওং ওইনা ) তা কালা, ইকাইখ্রেদা । মাগী মমাংদা মায় অসি উৎপা ঙমগনি নিংজ্রে ।

কালা—করিগী ?

যমুনা -( হিক্লা হিক্লা কপ্তুনা ) মীওইবগী অক-কক য়াথল খনবা ঙমখিবা মুমিৎ অতুদগী হৌরতুনা ঙসি কাওবদা অয়ানবা লম্বীদা চৎলকপগী নিঙমদবা অমদি মায়খিবা অসিগী খল্লবদা মহাকী মশক ফাওবা য়েংবা ঙম্লোইদৌরিবনে তা কালা ।

কালা - করিগী ঙম্লোইদৌরিবনো ? মাগা ইবেম্মগা য়াথল তিন্নরমদরে । মহাকসু মাগী অনিংবা লম্বীদা চৎপ্রশনু ইবেম্মসু ইবেম্মগী অনিংবা লম্বী অমদা চৎপীরগা লোইরেদনা ।

যমুনা—তা কালা, ঐনা লৈশাবী পুংকক ফারক্লবা মতমদা মহাকা ঐগা লুহোংগদবনি হায়বসি বাবানা ঐঙোন্দা তাকপিখি । বাবাগী পুক্লিং মতুংইন্না নোংমা নত্রগা নোংমদি মহাক অসি ঐগী ইপুরোইবা ওইরগদবনি হায়বগী আশাদা মাগী য়াথল নত্তনা ঐনা অতোপ্পা য়াথল খনখিজ্রবনি ।

( মতম অসিদা প্রতিমা চংলকই ) মসিদা ঐনা ওইসদবা ফিত্তম অসি করিনো, নং অতুক হায়যুনে তা কালা ।

প্রতিমা—করি তৌরবগে ?

যমুনা—( লোয়া মপি তৈথোকই ) করিস্থ নত্তে প্রতিমা তা কালাগা চুয়া য়ারি অমা শাবনি।

প্রতিমা—মচুনা ওইবা য়ারোই ; ইচে, নংগী নমিৎতা নপি তাবা উবসে ঐগী পুন্সিদা ওসিনা অহানবনি। হায়য়ু ইচে, করি তৌরবগে ?

যমুনা—প্রতিমা !

প্রতিমা—নহাকী অরাবা মুংতাইতববু ঐগোম্না কাওবা হায়নিং-দবরনে ইচে ? শে, ঐগোম্না তম্মো। নংগী করি ননিং খুংদবা মুংতাইতবনো ?

যমুনা—প্রতিমা, নহাক য়ায়া তানিংলবরা ? হায়রগে তারো। অতে করিগীম্থ নত্তে নোংমা ঐনা ( মমিৎতা পিগী উয়া হৌরকপা ) চাওখোকচবগা লোয়ননা হায়খি—"ঐগী পাম্মুনা থমজবা পোৎশক অসিগী মশক মমিং তাকপা য়াদে" হায়না। ঐগীনি হায়না পাম্মুনা থমজবা পোৎশক অদো ঐগী ওইবা কংলোইদোরে। মংলান-চাগী মণিগা পাংথক ওইরম্লে।

প্রতিমা—ইচে, ইচেদো নমথাক তৌরম্লিবা পুকচেল লেপ্তবা শা-অদো কনানো ? ঐগোম্না মশক মমিং তাকউ। ননাওনা চৎলগা মাগী অরানবা য়াথল চুমথোকলুগনি। মখোংনা খোংনা লাকহন্নুনা ইচেদো লাম্লে হায়হল্লগে। হায়য়ু ইচে মহাক অহু কনানো ?

যমুনা—( মপি-থিংখা ওস্মকরে ) নত্তোন্দা মশক মমিং তাকলুবগী থোইনা কান্নবা কংলরোই। নহাক খংদবগী মরুমদা লৈরো। রাখল থেনবী মীগী পুক্লিং খংদবী নিপীগী পুন্সিদদি অসিগুম্বসে তোয়না তোয়না থোকদবনিনে প্রতিমা।

প্রতিমা—ইচে।

যমুনা—( কপ্তুনা ) প্রতিমা, পামজনা শাজরুবা নুংঙাইবা যুমদো অরাবা মৈনা চাকখরে।

প্রতিমা— ইচে।

যমুনা—খৌরাংবা কোকচগে নিংতুনা কুমগী নোংবু ঙাইজরুবদি কোকথক্তা বজ্রনা তাররে প্রতিমা। ( কপ্ন কপ্ন চৎখিবা )

প্রতিমা—তা কালা।

কালা—ইবেম্মা।

প্রতিমা—তা কলা, নহাক খংলবদি ঐত্তোন্দা অমুক্তা হায়রু। ইচেগী মমিত্তা মপি তাহল্লিবা, নমথাক তৌরম্লগা চৎখ্রিবা পুকচেল লেপ্তুবা মীনুংশি খংদবা শা অদু কনানো? ঐত্তোন্দা মশক মমিং অমুক্তা তাকত্ত।

কালা—অতৈ অতোপ্পা নত্তেনে প্রকাশনিনে ইবেম্মা।

প্রতিমা—( খাই লাওবা ) প্রকাশ!

কালা—মানি, প্রকাশনি।

প্রতিমা—অছদি ঐস্থ রাওনা লাল্লবা! ইচেগী মমিত্তা ওসি পি তাহল্লিবসি ঐস্থ রাওবা তারবা? নত্তে-নত্তে ঐগী রাখল লাল্লে। ঐনা হন্দোকহোবা তাই।

কালা—করি হায়বা ইবেম্মা।

প্রতিমা—করিস্সু নত্তে তা কালা; কাল্লরিবসে ঐনা শোয়দনা ভাইশিন্নবা হোৎনগনি। (চৎখিবা)

কালা—করিনোনে তৌরিবসিবু! মথোয় মথং মথং কাইনরকপদগী ঐ য়াওনা কায়রকপা তারে। ছুম, মতুদ্দি য়াবপোৎ নত্তে। ঐগীদি শোয়বা য়াদে। (চৎখিবা)

---

# বিশ্রাম

# অনিশুবা শরুক

## ১বা উৎপা

### য়ুম (পার্ব্বতিগী)

মফম:—মাঙ্গোল মতম:—অয়ুক চাকচা-মাং

(মাঙোলদা টেবিল চেয়ার লৈ; প্রমদ মখুত্তা সাইকেল অমা পায়দুনা চংলকই

প্রমদ—ইমা! হো ইমা!

(পার্ব্বতি হয়াওনা ইমুংদগী চেঙ্খোরকই)

পার্ব্বতি—প্রমদ ইমাগী ইবুঙো, নং লাক্লবরা?

প্রমদ—ইমা। (চংশিল্লকুনা মমাগী মংখাং শোক্লকুনা খুদম্মী)

পার্ব্বতি—চাক ঈশিং চারক্লবরা?

প্রমদ—চারক্লে।

পার্ব্বতি—নহাক অমুক ইস্ফালদা চৎলরোইদরা ?

প্রমদ—ইমা, ঐনা চিঠিদা ইতৎ তত্তনা ইখিবহ্নি। পোক্লক্ম লমদগ্গি হায়ন্থনা জিরি অসিদা লৈববুদি ইস্ফালদা লৈবনা শেল-থুমগী কান্নবা অমদি মীনা শকথং মাইথ'বস্থু হেনবা ভাই। অহ্নুনা ঐগী মোটভদি ইমাস্থু ইস্ফালদা লৈরুরশি হায়রিবনি।

পার্ব্বতি—ইমাবুস্থু ইস্ফালদা লৈরুরশি হায়রিবা ?

প্রমদ—হোয়নে ইমা লৈরুরশি।

পার্ব্বতি—আদা ইমা ইচা পুম্না লৈরুরগা লৈকম অমদি চাবা-থকপগী খরচপু নংনা পুজবা ওমগদরনে ?

প্রমদ—ইমা মহুগী রাদি করিস্থু খল্লুহু—ঐনা চৎশি হায়রিবসিনি।

পার্ব্বতি—( মোমন নোকচহুনা ) নংনা আদা লৈবহুবু শেল-থুম খর থোকচবা ওম্নবরনে ?

প্রমদ—শেল-থুমগী রাদি চিঠিদা ইমাদা ইতৎ তত্তনা থংহনখ্রিবহ্লদি। ওঝা জ্ঞানেশ্বরনা মত্তিক চারবা অহল ওইরবা উকিল অমদা ঐ অসিবু শিন্নবীবদগী মহাক অহুগী মপানদা ঐ অসিবু মী পুন্নমক্না য়াম্না থুনা শকথং-মায়থংবিখি।

পার্ব্বতি—উকিল অহুগী মমিং করি কৌবগে ?

প্রমদ—নরেন কৌই ইমা।

পার্ব্বতি—( খাই লাওবা ) নরেন কৌবা।

প্রমদ—ইমা, নহাকহ্ মাবু মশক থংবরা ?

পার্ব্বতি—পুল্লিদা মাগী মমিং অসি তাখরে।

মহাক অহানবদা করি থবক তৌরম্মী কদাইদা লৈরম্মী হায়বনচিংবা মহাক অতুগী পরিচয়দি নহাক খংলকপরা?

প্রমদ—মহাক্না হায়ববু জিরি অসিদম্তু থবক তৌহুনা চহি মঙা ভরুক লৈবম্মী হায়। অতুদগী ইস্কালদম্তু মতম কুইনা সেসন জজ ওইহুনা থবক তৌরম্মী হায়। হৌজিক্কি পেন্সিল লৌরহুনা উকিলগী থবক তৌবনি হায়রি।

পার্ব্বতি—চূমলে ঐনা খংলিবা মীশক অতুমক্কি।

প্রমদ—ইমা মহাক অদো ওন্থোক্লা মপুক মপাও ফখরে—ঐবু মচাদা মচাদৌনা লুনা তৌই।

পার্ব্বতি—করি হায়রবা! নংবু মহাক্না মচাদা মচাওম্না লুনা তৌই হায়রবা।

প্রমদ—তৌই ইমা! মহাক্না হায় ঐবু য়েংবগী পেনবা নাইদে—মুমিৎ খুদিংগী মাগীদা লাকউ হায়রনা। অতুনা ঐস্তু মুমিৎ খুদিংগী অয়ুক্কী মুংদাংগী অনিরাক্ত কোইথোকপা অতুম চৎলি। নোংমতং চৎহল্লোদবদা ঐবু ওন্থোক্লা শাওখরে। লাইরিক লাইশুগী মরমদা হ লুবা ফাওগা তাকপিমু য়াদে। অতুনা ঐস্তু কিবোই হঙোয়বোই তত্বনা অতুম চৎলে। (রা অতু তাবদা পার্ব্বতিগী মমিত্ত' পিগী ঈরা হৌরকই) ইমা, রা অসি তারগা করিগীনো ন গী মমিত্তা পিগী ঈরা চেল্লিবদি?

পার্ব্বতি—(নোকশিন্নহুনা) মহাক অতুনা নংবু মচাওম্না লুনা-চান্না মুংশিনা তৌই তাবদা নংবু শোকপা বাবা অতুনা ওসি কাওবা নংবু নাওকোবীহুনা লৈরম্ব' থোক্লবদি হায়রনা খম্নুবদগী নিংঙমদবা রাখলনা ইস্লাম্নী মিৎ অনিসিদা পিগী ঈরা চেল্লকপনি।

প্রমদ—হৌগ্রবা রা নিংশিংলুহ্নবা অমুক হন্নম হন্নরুরোইদবা হৌগ্রবা রারি অহনা পুরিংদা নোহোননা নিংঙমদবা পোক-হন্নুবগী করি কান্নগনি ইমা ?

পার্ব্বতি—মহাক্না নংগী পরিচয়দি হংঙক্করা ইবুঙে ?

প্রমদ—হংঙকই ইমা।

পার্ব্বতি—( ইখৌ লাংনা ) করি করি হায়না হংঙকই ?

প্রমদ—নংবু পোকপা বাবাগী মমিং করি কৌই হায়না হংঙকই ?

পার্ব্বতি—মহুদা নংনা করি খুম্মী।

প্রমদ—বাবাগী মশক্তি মুন্না খংজহৌত্রে—ইমানা হায়বদি ঐবু পোকপা বাবাগী মিংদি নিলমণি কৌই হায়না খুম্মী।

পার্ব্বতি—নিলমণি কৌই হায়না খুম্বা ?

প্রমদ—ঐনা মীরোল খংলক্লবা জ্ঞান তারক্লবা মতমদা ইমানা অহুম হায়খিবদাইনে !

পার্ব্বতি—চুম্মী ! হায়খি ! অহুদগী করি করি হংঙকই ?

প্রমদ—ঐবু পোকপা বাবাহুম সংসারসিদা লৈক্লে হায়না খুম্বদগীদি অহুম মখা তাখিদরে।

পার্ব্বতি—করে ; ইস্ফালদা নংনা লৈরিবা য়ুমহুগা নংগী ওঝা ওইনা লোয়নরিবা উকিল অহুগী য়ুম অহুগা কয়াম থাপ্লে ?

প্রমদ—মাইল অমা কয়প থাপ্লে।

পার্ব্বতি—নহাকী য়ুমদা মহাক্তি অমুক্তা লাক্কবরা ?

প্রমদ—লাক্কে ; কোইরকে হায়। অহুবু ঐনা য়াদবদসী মহাক অমুক্তা লাক্কে।

পার্ব্বতি—করিগ্নো মীনা কোইরকে হায়রগা নংনা য়াক্লিবদি ?

প্রমদ—মহাকী ময়ুম মকৈদি কোন্নুংগা চপ মাম্লে—ঐগী মুম্বান কৈবানদি জুগোৎ চাদে, অদুদা ইকাইদুনা ঐনা লাকহন্দবনি। ইমানা ইনাক্তা লৈরবদি মুম্বান কৈবান খর জুগোৎ চারগদবনিনা মতমদুদদি মহাকপু ঐখোয়না ঐনা পুরকনি।

পার্ব্বতি—নত্তে-নত্তে নংনা মহাক অদুবু পুরকনি হায়রবদি ঐ নংগী ননাক্তা লৈবা ওল্লোই।

প্রমদ—করিগীনো ইমা?

পার্ব্বতি—অদুক চাওবা মী অদুগা ইমা উনবা ইকাইদে।

প্রমদ—ইমা সংসারসিদা কমানা পিকপা কনানা চাওবনোনে ইমা?

পার্ব্বতি—অদুগীমু মথক্তা নমা শকথিবী ঐবু মহাক অদুগী মকমদা উৎলগা করি কায়গনি নংগী নমাই খুরোইদরা?

প্রমদ—জগত্তা ইমাদগী হেনববু করি লৈবগে? ঐগী ইকমদদি ইমাগা মহাক অদুগা থানবদদি ওস্তোক্না থাপ্নথরে। মহাক অদুগী মকমদা চাওখোকপগা লোয়ননা নহাক অসি ঐগী ইমানি হায়না খংহনগনি।

পার্ব্বতি—(মোমন নোক্না) করে করে, নহাক্না নমা ঐবু অদু য়োনা শক খংহল্লিংলবদি মহাকী নপান্দগী পুকচেল চাওরবা মহাক অদুবু পুন্সিদা অমুক্তং ইমাগা উনবা ফংজবা ওইগে। মদুনা ইচানিপা পোকপগী মহে য়াল্লে হায়না ইমানা লৌগেকো।

প্রমদ—ঐনা শোয়দনা উনহনগনি ইমা। অদুদি ইমা ঐ খুড়া চন্দ্রগীদা অমুক্তা চৎলুখিদে। ইমা, খুড়া চন্দ্রবু উদবব……।

পার্ব্বতি—নংগী খুড়া চন্দ্র মশা ওমদদুনা লৈবমি। চৎলু উনরু·চৎলু।

প্রমদ—অদুদি ইনা ঐ অমুক্তা চংনুখিগে। ( প্রমদ মপাললয়োমদা খোকখিবা পার্ব্বতি মচাবু মুংশিনা য়েংহুনা লৈহৌই )

---

## ২ শুবা উৎপা

### মুম ( নরেনগী )

মফম :—প্রকাশকী কা মতম :—মুমিদাংবাই

প্রতিমা চেয়ার অমদা ফম্লহুনা লাইরিক পাহুনা লৈরম্মী ; মতম অসিদা নরেন চৈশু অমা শুরহুনা মশা ওমদ-ওমদনা চংওকই ;

নরেন—প্রতিমা, নহাক লাইরিক পাবা ওম্বোইরে।

প্রতিমা—ওম্মী বাবা ; ( কমম্বদগী হৌগৎপা ) বাবা বিহারীগী মমাক্তা লৈরিঙৈদা Class viii কাওবা তমজরকই।

নরেন—ইপাদি নহান মথৈ খংদেদনা।

প্রতিমা—বাবানা হকচাং ওমদে হায়রগা হৌগত্তুনা অসি তান্না লাকপীরিবা করিগীনো ?

নরেন—কমুংদা অশুম হিপ্পম্বদগী প্রকাশতা রা খরদং হায়নিংহুনা হৌগত্তুনা লাক্লবনি। মহাকপু লৈত্রা ?

প্রতিমা—লৈতে বাবা। ঐসু মঙোন্দা রা খরা হায়নিংহুনা ঙাইরম্লিবনি।

নরেন—নংনা মঙোন্দা হায়গদৌরিবদি করিনো ?

প্রতিমা—বাবানা হন্নক ইখং খংহৌদনা হকচাং শোম্বুভ্রিবসি, রাখল মুংঙাইভবদগীনি হায়বসি খংতি। বাবাবু রাখল

মুংঙাইহন্ত্রিবসি দাদা প্রকাশননি হায়বসু ঐ য়াম্না মুম্না খংঙি। অহুনা দাদা প্রকাশভা ঐনা হায়জরে হায়রগা বাবাগী মুংঙাইভবা য়াথল অহু কোকহল্লগে তৌবনি।

নরেন—করিনোনে নংনা মঙোন্দা হায়গদৌরিববু ?

প্রতিমা—ইচে যমুনাগা লুহোংবসি ঐনা মাবু য়াহনগনি।

নরেন—প্রতিমা, নুংদা কনা ঈশিং চাইহুনবু পেৎলকদরনে ?

প্রতিমা—ঈশিং চাইবদা পেত্রবসু ঈশিং মমুংদা লেংদনা থম্নবদি পেৎপা নাইত্রবা নুংত্রা মচু ওনবগুম দাদা, প্রকাশকী পুক্লিংসু খরা মখৈদি হোংঙকপা য়াইদনা।

নরেন—মহুতা ওইবা ওইশনু প্রতিমা। নহাক্না ইপাগী ইতেং খর পাংঙু। ইপাগী পুন্সিগী আশা কায়বসিদা মুংঙাইতবা য়াথলনা ইপাগী লায়না ওইত্রবনি। নংনবু প্রকাশকী পুকচেল হোংহন্দুনা ইপাগী আশা থুংহল্লবদি নংগী লমন ইপানা তোল্লগদবনি।

প্রতিমা—( মাইকৈ অমরোমদা য়েংলগা ) বাবা, মহাক লাক্লে। বাবাগা ওাংনবদা কয়া মুংঙাইররোই। ঐ মাবু অমুক্তা হায়হুনা য়েংগে। বাবা পোথাহুনা লৈবীক্লরো।

নরেন—অহুদি ইপা উনররোই, নং ওাংনহৌরো। ( চৎখিবা )

( প্রতিমানা অমুক চেয়ারদা ফমহুনা লাইরিক অমা য়েংহুনা লৈ ; প্রকাশ চংলকই )

প্রকাশ—প্রতিমা, ডাক্তর শরৎ লাক্লম্বরা ?

প্রতিমা—লাক্লম্মী ; চৎখরে।

প্রকাশ—ডাক্তরনা করি হায়রম্মী ?

প্রতিমা—ডাক্তরনা হায়রবা হায়ববু বাবানা হকচাং ওৎথিরবসি অতৈ থোইদোকপা লায়নানা নত্তে। নিংবা থুংবা রাথল মুংঙাইতবদগী পোকপা লায়নানি হায়।

প্রকাশ—অদুতা হায়রম্বরা ?

প্রতিমা—হোয় ; অদুগা অসিমগা হায়রম্মী—থর চেকশিনবা কৈ হায়না।

প্রকাশ—করে-করে ।

প্রতিমা—করে-করে হায়বসিবু করিনো ? ডাক্তরনা চেকশিনবা কৈ হায়রম্লিবসি মমুংদা অর্থ থর লৈরিবনি। করি লৈবগে হায়দুনা ঐথোয় তান্নকম থোকব্রা ?

প্রকাশ—তান্নবা হায়ববু ডাক্তর য়েংহল্লিদনা। নথোয় ঐথোয়না করি ওমগনি।

প্রতিমা—ডাক্তরনা হায়রম্মী হিদাক্না থোইনা কান্নবা ফংলোই। লৈমীমরিবা ইমুং মমুংগী মীশিংগী মতেংতনা ফগদবনি হায়।

প্রকাশ—হায়রিবদো ঐ তাব তাদরে।

প্রতিমা—হায়বদি থরায় মুংঙাইতবদগী পোকখিবা লায়নানি হায়রম্মী। বাবানা থরায় মুংঙাইখিদ্রিবসিগী মরু ওইবদি নহাক্কি।

প্রকাশ—ঐহাক !

প্রতিমা—মানি ; অদুনা বাবাবু ফহনবি হায়রবদি নচাক্কী মতেং লৌবগী দরকার ওই।

প্রকাশ—ঐগী ইতেং।

প্রতিমা—মহাক্কা বাবাবু মথরার মুংঙাইহনবা। [illegible]
অনাবসে শোয়দনা কহনবা ঙমগনি।

প্রকাশ—ঐনা করি তৌরগা বাবাগী মথরার মুংঙাইগদৌরিবনো?

প্রতিমা—মছুদি ঐনা হায়রুবগী থোয়না কায়দে। ইশানা থংন
থবক অহু পাংথোকপা তাই।

প্রকাশ—নং হায়যু—ঐনা পাংথোকদবা থবক অহু করিনো?
বাবাগীদমক্তদি থরার কাওবা থাদোকপা ঙমগনি।

প্রতিমা—বাবাগী থরারগা নংগী থরারগা শিন্নগদবা নত্তে—ইচে
যমুনাগী থম্মোইগা নংগী থম্মোইগা শিন্নহুনা বাবাগী পুন্নিং
মুংঙাইহল্লু।

প্রকাশ—করি হায়রবা প্রতিমা?

প্রতিমা—মচুম্বনি ঐনা হায়রিবসি। ইচে যমুনাগা নহাকা লুহোংহনা
বাবাগী নিংবা থুংহল্লু মথরার মুংঙাইহল্লু।

প্রকাশ—প্রতিমা।

প্রতিমা—রাকম অসিদা নংনা য়াবদা থোইনা অকায়বা লৈতে।
মরমদি ইচে যমুনাসু নহাকপু থরার হকচাং য়াওনা মুংশিজবনি।

প্রকাশ—(প্রতিমাদা শংত্রিক য়েংলগা) প্রতিমা, রাকম অসি
নহাক মচিলমক্কা ঐঙোন্দা হায়বা ওন্বা!

প্রতিমা—ঙমদবা য়াদবা মতাং থোকখিবদা রা অসে ঐনা নঙোন্দা
হায়গা তাবনি।

প্রকাশ—অহুবু অয়াবুদি প্রতিমা, নংগী নমান্নি ঐনা তাকপা
ওয়োইদৌরি।

প্রতিমা—মরমদি?

প্রকাশ—মরমদি 'ভসি' কাওবদা মপাঙথোক্লা কোংদোকপা উমত্রকমু প্রতিমা, (প্রতিমাগী খুটেং পায়রুনা) নংবু হেক উরুবা মুমিৎ অতুদগী হৌরুনা (মওম অসিদা মমুনা চংলকই; মখোয় অনিগী মতৌ উবদা ওক্লা য়েংছুনা লৈবা) নহাকী রাখলনা ঐগী অথোইবা লায়নিং ওইখি, নহাক অসিবু ঐগী পুন্সিগী লোইনবী ওইগে হায়না পুক্লিং অসিদা লেপখি। অদুগা নহাকমু হায়মু—লৌথুপ-লৌকোট লৈতনা খুম্মু—নহাকী থম্মোইদা ঐ অসিগী প্রেম থজিক্লা কাওবা পোক্কনি? খুম্মু—ঐহাক্তনা নংবু মুংশিজরুবরা? নংদি ঐবু মুংশিদবরনে?

(প্রতিমা থম্মোই পুবা মায়কৈরে লোৎকে হোৎনবা খিংগে লাকখিবা মিংকী পিরাং লোংপা ওম্মকরে, খিংবা ওম্মকরে; প্রকাশপু চুমা য়েংথবতা নত্তনা বাহৈ অমা কাওবা শাংজবা ওমখিদরে)

খুম্মু প্রতিমা, মিৎকা মিৎকা চায়খিবা থম্মোই থম্মোক শিন্নখিবা—পক্লিংদা পুক্লিং থুপ্পখিবা মুমিৎ অতুদগী হৌরছুনা ঐগী থম্মোই মন্দিরকুংদা লাৎচগে নিংতুনা শাগৎচকবা মংগী মুংশি-মূর্ত্তি অসি মপুং কাবা ওমদনা তোক্লগনা?

প্রতিমা—প্রকাশ!

প্রকাশ—প্রতিমা, ভামু থজোং লাবা অথোয়া চাংকৌ পারবা ভুরেল রাংমা-রংমদা লৈয়রগা শকী-শকী মথৈদি উয়রগা মুংশি মৈচাক খাংবওম নিংবা কায়বগী ঈপাক রাংমা-ভাংমদা নংগী ঐগা পুন্সিমগী কণ্ঠুনা লেনবা ভারবরা!

(মমুনানা য়েংবা ওমকররুনা খুনা রাংবা চংখি)

প্রতিমা—করিমু লৈত্রবী মীনাইদুগীগী পান্দম ওইরবী ঐ অমনা ইচে থমুমাগী ঈচেলগী পদ্ ওইজবা ইতিক নত্তে—ঐগী

কাওশিংনি। /নুহারৌ মূর্তিব মাংচগে নিংচুনা শাংবংচরবা মুংশি-কুয়া অসে নিংনা কুয়ালা কোং-কোং নিংথাইশিনবনা লৈতোই শেক্কা মথক্কা চোৎখ কুমম ওইরক্রে।

(মতম অসিদা কালা চংলকই)

প্রকাশ—প্রতিমা।

প্রতিমা—অহুশীহু মথক্তা বাবাশীদমক্তা খক্ষুনা নং ঐগী অরাবা ফুংওাইবা পুন্নমক কখোকপা তাবনি।

প্রকাশ—মচুরা! (থুনা-ম্রাংনা চংখিবা)

কালা—করি হায়রম্রিবনো ইবেম্রা?

প্রতিমা—করিস্থ হায়রমদে। মহাক্সহুম হংলমগ্না চংখরে। ঐ মতোন্দগী পাওখুম লৌরখিগে। (প্রকাশনা চংখিবা মায়কৈদা চংখিবা)

কালা—ওাংনরিবা রাকমশিং অসিবু ঐনা লৌশিনবা হৈত্রবনরা ঐবু তাব ইতা তাদেদা। (কালানা চংকে হেক তোবদা নরেন চংলকই)

নরেন—কালা!

কালা—খুড়াইবুতো।

নরেন—প্রতিমাগা প্রকাশকা কদোমদা চংখরে?

কালা—হৌজিক্তা ফুংথ-মাংথ চংখিবদা ওাইরি।

নরেন—মখোয় অনি করি করি ওাংনবা তাহৌই?

কালা—রা থরদি ওাংনরম্বী অহুবু অহুক যুমদি তাজহোক্রে। প্রতিমাগী মরোইবা রাহে তাজহোবদদি ঐনা যুম থনবদা রা ওাংনবগী কোলদি অখিক্রে। (মতম অসিদা যমুনা চংলকই)

নরেন—চৎলু কালা প্রকাশ অহু অহুক কৌরু—ওসিদি মহাকা ঐগা অরোইবা ওইনা ভাংনবা ভারে। অমুক থাগা চখোরুখিহুনা ভোকনি অমুক্তা কৌরু। (কালা চৎকে ভৌবা)

যমুনা—তা কালা চৎখিহু। প্রকাশপু কৌরুবগী অমুক খোইনা কান্নরয়োই।

নরেন—যমুনা কারনো নংগী রা অদো?

যমুনা—অচুম্বনি বাবা। বাবানা প্রকাশতা হংগদবা রাহং খুদিংমকী পাওখুম ঐ রান্না লায়না পিজবা ওমগনি।

নরেন—হায়বদি?

যমুনা—হায়বদি ঐগী মরমদা প্রকাশতা অমুক হন্না হারবিহুনা ঐবু হন্না হন্না ইকাইবা অমদি মারখিবসে মায়োন্নহনবীরগদু।

নরেন—যমুনা!

যমুনা—অচুম্বনি বাবা। অমুক মচি-মরুমদা থুপলুবগী কান্নবা লৈত্রে। ঐ ইশাগী ওইজবা কান্নবা য়েংবদগী ঐ অমনা মরম ওইহুনা মী খুদিংমকী নিংবা কায়হনবা ঐ ওমজরোই।

নরেন—যমুনা।

যমুনা—ঈচেল অনিনা থম্‌াংননা ঈপাক তম্মীন্নরকপাওম প্রকাশ অমদি ইনাও প্রতিমাগী থম্মোই অনিনা প্রেমগী পম্‌ুংকম তন্নকপদা ঐনা মখোয় অনিগী অপনবা ওইজররোই।

নরেন—(খাই লাওবা) যমুনা হৌজিকচিবু করি হায়বা? প্রতিমাগা প্রকাশকা............।

যমুনা—করিসু ওকফম লৈতেনা বাবা। ঐগী ইহুতা প্রতিমাগা প্রকাশকা লুহোংবদা করি অকায়বা লৈবগে!

নরেন—(শাওবনা মশা থক থক নিত্তুনা) কদ্রিগী 'কারনদি ?

যমুনা—করিগু কায়দে বাবা। ঐহাকসু প্রতিমাস্থ বাবানা য়োকচবী নচা ওাক্তা নত্র' ? নহাকী নকমদদি চপ মাস্নদরনে বাবা ?

নরেন—(শাওনা) করম্না মান্নগনি ? নহাকা প্রকাশকাবুদি ঐহাক্না হেক পোকচবা ইচামক্লি খঙ্গহুনা ঐ মতুমদগী য়োকচরক্লবনি। অদুগা মহাক্তি মীনাইমুপীগী পান্দমগুম থাঙ্‌থক্তা তিন্নরবনি। অদুবু ঐ অসিনা অচান-মীরান খাম্নবা হৈজদবদগী নখোয় পূন্নমক্কী মকমদা ইচাদ-ইচাগুম চপ মান্নবা মিৎয়েংনা য়েংব-ওনিনা। ঐনা মহাকপু ইচাদ-ইচাগুম লুনা-চান্না তৌরবহুদা মহাক য়াম্না মঙক হায়গংলম্লেনা। মহাকগুম্বনবু নংগী নচুং শিনবা মতিক্না ? নহাকী মফম মুনবা য়াবরা ?

(মতমসিদা প্রতিমা চংলকই)

যমুনা—বাবা !

নরেন—খঙগনি মহাক লাকখিগনু।

প্রতিমা—কবি তৌরবগে ?

নরেন—(শাওনা) কবি তৌবরগেএ !

প্রতিমা—বাবা !

নরেন—কৌরকসু ঐবু বাবাক হায়হুনা। অতোনবা মুন্নাক শার্গেনী কোল্লুপ্তা চাওরকপা, হৌরককম খংদবা, পু-পাং গুলবী মীনাইমুপী নহাক্না ঐভোন্দা বাবা হায়না কৌবদা নমাই অহু ইকায়দরা ? ঐনা নংবু বীগারীগী রাদা পুক্লিংদা মুংশিবা অমা পোক্লহুনা নংবু ঐনা ইচাদ-ইচাগুম লুনা-চান্না তৌরবদি। মংনা অসি য়োনা পুকচেল (প্রতিমানা খুমগে

তৌই থুমজবা ওমদে মমিত্তা পিগী ঈরা চেন্নুরা তুম্মীরা ভাহুন। লৈবা নত্তনা মাগী পাজল লৈরমদে।) পিক্লমগনি খংলগুরুচি ঐনা নংগ মুম্বসিড়া প্রজ্জুহাইতহরি। যমুনা কর-ফব্রবস্থ নচেৎশুহনি মাগী কাদবু নংনা য়েংপা হৌনবরা?

যমুনা—বাবা!

নরেন—ঐনা প্রকাশতা রা হায়গে লাকপদা নহাক্লা ঐবু উৎ-চাইহুনা থাদোকপা, প্রকাশপু উম্নদনবা শিনখিবা ঐগী পুক্লিগী অনিংবা পূম্নমক্কী কায়ননবগী মরুদি নহাক্লা ওইরম্লি। অসিরা? নহাকপু ঐনা ইচাদ-ইচাশুম লুনা-চান্না তৌরুবগী মতিক চাবা তৌবীমলদি? নুংগী মুত্তিশুম করিগী তুম্মীন লৈরি? থুম্মু-থুম্মুনে। (প্রতিমাগী মথজাইদা থুপাক্লা শেং থাবা; প্রতিমাগী পিনা থক্লবা মমিৎ অদি অহুনা নরেনদা শংক্লিক য়েংহি; নরেন, প্রতিমাদা ফুরুরগা নিংতমদবা বাখল রা-মচেং অমত্তা হাংদনা প্রতিমাবু শংক্লিক য়েংহি; অতাওবগী চোইরোশুমা অমুক নরেননা মচিন্দা শোম্নক্ই) প্রতিমানা প্রকাশপু মুংশিজবদা মাগী মরাল করিনো? হা-হা-হা-হা। নখোয় মম্নাম চংহুনা ঐ অসিবু পোখাবা পিরগস্থ ঐবু ওৎলো ঐবু হাৎলো। নখোয় পূম্নমকপু ঐনা লুনা-চান্না মুংশিনা তৌজবগী মমলদি মহু ওইনা কংজরগে। (নরেন অনাবা হৌবা মকোক ৎাওবা; যমুনাগা কান্নাগা চংশিন্নুনা কোনবা প্রতিমাদি নুংগী মুত্তিশুম্না লেপথরে)

যমুনা—থুড়াইবুতো, নিংথিনা পোখারুবশি।

নরেন—পোখাবা! হা-হা-হা কানা, পুক্লিক্লিনা পোখানা [illegible] মমকে প্রাংশুকত্রবা ঐনি। পুক্লি অ[illegible] পোখাবা [illegible]

শাস্তি কংংনা অহুম চংগ্রগদবনি। থংলে ঐ পূম্নমক থংলে—পুম্সিদা-ঐনা তৌখিবা চাওরবা পাপ মহুগী প্রাইশ্চিং কংনবা হোৎনবদা মহুগী ওম্ন-তৈনবা পাপকী মহৈ অদো মথং মথং চাবা হৌরকপতনি। (যমুনাগা কালাগনা কোনবোই লাকপোই তৌহুনা নম্নেনবু পুথোকখি। অম্নবাই কাওবা চংলুরগা কালা চংলকই)

কালা—ইবেম্মা, বাবাগী রাদা থোইনা পুক্লিংদা রাম্নৌবা তৌরুপহু। অহল অম্না ওইবগী মনিং থুংদহুনা পংঙাং ঙাংজবনি।

প্রতিমা—তা কালা, বাবানা ঙাংবদা ঐগী করিস্থু দুংঙাইতবা লৈতে। ঐনা পেঞ্জহৌদবা নিংঙমহৌদবা হায়ববু বাবাগী মকমদা ঐ অসি লাগ্গদবীনি কোংদোরুবগী মতম বাবানা ঐবু পিবীখিদে।

কালা—ইবেম্মা, লানত্রগা লোইরে ধর্ম্ম কায়ত্রগা লোইরে।

প্রতিমা—তা কালা, বাবাগী মপুক্লিং মুংঙাইহন্নবা হোৎনবনা মচা ঐখোয়গী ইথৌনি। বাবাগী মনিং থুংদবসে ঐনা থুংননবা শোয়দনা হোৎনগনি। অহুনা তা কালা, (মাগী থরক মমুংদগী চিঠি অমা লৌথোক্লগা) চিঠি অসিমতং নহাক্না প্রকাশতা পিবীয়ু?

কালা—চিঠি! করিগী চিঠি!

প্রতিমা—চিঠি অসিনা মী পূম্নমকী মনিং থুংগনি অপেনবা ওইগনি।

কালা—নহাক্না প্রকাশতা পিবদি করি তৌই?

প্রতিমা—ঐনা পিবদা অকায়বা লৈ। শে চিঠি অসি মঙোম্বু পিগদবনি।

(হ্নালেবা পিবা; কালা-না হাংডক য়েংডক চাহুনা চিঠি অহু লৌবা)

কালা—অতুদা… ……… ।

প্রতিমা—অতু অদা অমুক তোৌরগনু । ঐনা হায়বা খুদিংদা নংবু য়াগনি হায়খিবদাইনে ?

কালা—হোয় হায়খি ।

প্রতিমা—চিঠি অদো নহাক শোয়দনা পিগদবনি । য়েঙোই হেক পিদবদা নংগা ঐগা কৌনরোইদবনি—(চৎপা হৌবা) খংঙবরা ?

কালা—ঐ শোয়দনা পিগনি নংগা কৌনদবদি ওয়োই ।

(প্রতিমাগী মতুং ইন্দুনা চংখিবা)

# ৩ শুবা উৎপা

য়ুম (প্রমদকী ভরাদা লৈবা)

মকম : মাঙ্গোল ; মতম :—অয়ুক

(টেবিল চেয়ারনচিংবা থংদুনা লৈ ; প্রমদ লো-গী লাইরিক অমা পায়রদুনা বাখল তোৌদুনা ইকৎ-ইন্দা চংলি পার্ব্বতি ইমুংদগী থোরকই)

পার্ব্বতি—নিপামচা !

প্রমদ—ইমা ।

পার্ব্বতি—নংবু ওল্লিবরা ? চাক ঈশিং লোইরে ।

প্রমদ—(খুদাংগী ঘড়ি য়েংলগা) ইমা ওল্লি পুং ১ দা ভারি—ওসিদি ঐ পুং ১১ ভাবা মতমদা চৎকদবনি ।

পার্ব্বতি—ওরাংদি ওয়া চৎলিদ্রো । অতুদা ইন্দা হংবনিদা ।

প্রমদ—ইমা, উকিল ঐখোযগীদি অরেপ্পা মতম লৈতে। কেশ কেশকী মতুংইদ্মা নোংমস্তু ওন্না চৎকনি, নোংমস্তু থেংনা চৎক'নি।

পার্ব্বতি—মতুদি ইমাদি থংদবা। য়েঙোই নিপামচা, ইমা রা অমা হংগেনা।

প্রমদ—হংঙু করি তৌবগে?

পার্ব্বতি—নংবু য়াম্না লুনা চান্না তৌই হায়বা. মপুক-মপাও কৈ হায়বা উকিল অহু ঐখোয়দা কোয়রকত্রবদি ক'র তৌরে? নংনা মাবু পুবকনি হায়বদাই।

প্রমদ—ঐনা পুরকত্রবশু মহাক মশানা হেক্তা কোইরক্লমগদবনি—অহবু মশা ওমদহুনা লৈরে।

পার্ব্বতি—মশা ওমদে হায়বা।

প্রমদ—মহাক্না মপাল থে'ক'ত্রবসি থা-মখাই অমা কাবক্লে। মতা চাত্রবদি হোসপিটালদা লৈবা য়ানা লৈরি।

পার্ব্বতি—হায়রিবসিবু য়াম্না কন্না ওমত্রবরনে?

প্রমদ—ঐনা সুম য়েংবদা মশা অদে থর শাথিনা শোক্লে। অহল মতমনগ্না ওইরকপনে ফবা য়াগদৌ'রিবা জাৎনি।

পার্ব্বতি—ওসিদি মহাক মাগীদা চৎলোংদরা?

প্রমদ—চৎকনি, অনাংগী মওং থংদোক্লুগনি। (মতম অসিদা প্রকাশ চংলকই)

পার্ব্বতি—চৎলুচো। নংনা মতম শংলবদি মহাক অহুগী সেবা-শুংবা কাওবা তৌহুনা লৈবা য়াবনিদো।

প্রমদ—চুম্মী ইমা, মহুমক য়াবনি।

প্রকাশ—প্রমদ বাবু!

প্রমদ—এ' প্রকাশ বাবু লেংশিনবীরকউ।

প্রকাশ - ফনি।

প্রমদ—চেয়ারদা লেংশিল্লু। (প্রকাশ চেয়ারদ. কম্মী) হৌজিক্কা ইমাগা ঐগা খুড়াইবুঙো হকচাং ওমদবগী মরমদা য়ারি তৌরম্লিবনি।

পার্ব্বতি—ইবুঙো অসিবু কনানা পোকপনো?

প্রমদ—খুড়াইবুঙো নরেননা পোকপনি।

প্রকাশ—ইমাইবেম্মা, ঐগী অশেংবা—পরিচয়দি ঐ অসিবু পিশক পিক্লিউঁদগী বাবা নরেননা মচাশক্লা য়োকপিরকপনি। থংদবা মীনদি ঐ অসি বাবানা পোকপনি হায়না লৌবী।

পার্ব্বতি—বাবা হকচাংলজী হায়বহুদি থর করবরা?

প্রকাশ—ফত্রি। মতা চাত্রবদি ওসি হয়েংসিদা ডাক্তরখান'দা পুথংপা য়ানা লৈরি।

পার্ব্বতি—য়াম্না কম্না ওমত্রবোইরে!

প্রকাশ—হোয়। নত্তে, ঐনা লাকচরিবসে রা অমগীনিনে প্রমদ বাবু।

প্রমদ—ডাকপিয়ু কদগী ওইরদনো?

প্রকাশ—ও স ওরাং শোমদা প্রতিমাগা লাক লাক্লম্বরা?

প্র দ - ঐখোয়দদি লাক্তেনা। করি তৌরবগে?

প্রকাশ—প্রতিমাদো বাবানা থর ওাং চৈরুবদগী নহান মুংদাংদগী মুথং থাদোক্লুনা চংখরে। ওসি কাওবা থিবা ফংত্রি।

প্রমদ- করিনোনে হায়রিবা য়াসিবু।

পার্ব্বতি কনানো প্রতিমা হায়রিবসিদি?

প্রকাশ—ঐখোয়দা থবক ইংথাং নোমতুনা লৈবা মুপীমচা অমনি।
বাবানসু মচাগুম্বা অতুম লুনা চান্না ভৌরিবনি।

প্রকাশ—অতুদি প্রমদ বাবু ঐ চৎচরগে।

প্রমদ—লেংঙো। প্রতিমাদি ঐখোয়দদি লাক্কে।

প্রকাশ—পুলিসষ্টেশনদা ভাকলুগদা ঐ হায়কম থংজে। চৎচরে।

প্রমদ—ফনি। (প্রকাশ চৎখিবা) করি রানোনে হায়রিবসিবু!
প্রতিমা হায়রিবা মুপীমচা অসিদি য়াম্না মপুক মপাও ইংবীনি।
করম ভৌথ্রিবা ঙাংনো?

পার্ব্বতি—কনানা হায়বা ঙমগনি। মনিং থুংদবা অমদগী চৎখিবা
ওইরম্বসু য়াই। লাও-লাও চাক-ঈশিং চ'ম্নবা ভৌররো।
(চৎখিবা)

প্রমদ—লাক্লগে ঐ করিগুম্বা অমত্তা য়েংলকখিগে।
(মতম অসিদা যমুনা মথুত্তা লাইরিক অমা পায়রতুনা চংলকই)
এঃ—করি থবকীনো হৌজিক্তা প্রকাশ বাবুসু লাক্লম্মী।

যমুনা—মহাকসু লাক্লমবোইরে?

প্রমদ—লাক্লম্মী চৎখিবদা ঙাইরি। চেয়ারদা লেংশিল্লু।

যমুনা—য়াম্না নুংঙাইজরে।

প্রমদ—প্রতিমা য়ুম থাদোক্তুনা চৎখরে হায়বসিবু

যমুনা—হোয়। চৎখরে।

প্রমদ—করি মরমগীনো থংবিব্রা?

যমুনা—দাদা প্রকাশনা হায়রমদরা?

প্রমদ—প্রকাশ বাবুনা হায়রম্বদি বাবানা থর ঙাং-খোত্তুনা চৈ
খাংলুবগীনি হায়। চুমব্রা?

যমুনা--চুম্বা তারেদনা।

প্রমদ—ইবেম্মনা লাক'পিবনা করি থবক্নী ?

যমুনা—অদোমগী লাইরিক অমা ঐঙোন্দা লৈবা মতম ঙম্মোক্লা কুইরে। অমুক্তা থিল্লুগে নিংবসি তাঞ্জা অমা ইচা চাদহুনা লৈরক্লি। ঙসি পুহুনা লাকচরবনি। সি অমুক্তা লৌশিন-বীয়ু। ( লাইরিক অহু প্রমদতা পিবা )

প্রমদ— লাইরিক অহু য়েংলগা। ঐস্নু লাইরিক অসি কদায়দা করম ভৌনা মাংপ্রিবনো হায়না খন্দুনা লৈজরম্লিবনি। নত্তে, লাইরিক অসিবু ইবেম্মদ মতৌ করম্না ?

যমুনা—মহুগী লাইারক অহু............।

প্রমদ—ও! ও! ঐ নিংশিংলক্লে। ঐনা ইস্কালদা থুংলবা মুমিত্তা.............।

যমুনা—থেংগাইনবদা থুক্তগী লাইরিক তানখিবা.........।

প্রমদ—চুমলে অহুদগী ইবেম্মগী খুৎ অহুনা ঐগী থজাইদা নানবিথিবা মুমিত্তা—মুমিত্তুদা ইবেম্মদা হেনগ্লিখিবা লাইরিক ওইবা তারে।

যমুনা—( ইকায়বোই নোক্লিংবোই ) ঐস্নু অহুম্ন থল্লি

প্রমদ—অহুবু মুমিৎ অহু নিংশিংনবগী মশক ওইনা লাইরিক অসি ইবেম্মগী নাক্তা অহুম থম্বীবা য়াদবরা ?

যমুনা—ইশ য়াসিদি ?

প্রমদ—লাইরিক অসি কাওবা থম্বীনিংদবোইরে ?

যমুনা—থম্নিংঙি হায়রহুনা মীগী পুক্লিং খংদনা থমলুরগা মতম অমদা ঐবু হুরানবী শিবীরকদরা হায়না থম্নবদগী লাইরিক অসি থিজরক্লিবোইরে।

প্রমদ—লাইরিক অচুগী য়াদি ৎম্বু থম্বীখো। ইবেম্মনা ঐগী লৈজবা পুন্নমক লৌবীখিবদা ঐনা করিস্থু হায়জগদবা লৈতে।

যমুনা—লৈজবা পুম্বা হায়বসিবু করি করিনো ?

প্রমদ—লৈজবা পুম্বা হায়বসিদা লোয়না চিংবা য়াখরে।

যমুনা—অচুবু করি করিনো অমুক্তা তাকপিও

প্রমদ—থরাই হৃকচাং অমদি থম্মোই। ইবেম্মনা ঐগী থম্মোই কাওবা হৃবিখিবদা ঐ তুম্মীয়া লৈজগনি।

যমুনা—অদোম্নদি তুম্মীয়া লৈবীগনি হায়ববু মপু পানবা থম্মোই ওইরমচুনা ইকাই ইকাই তোক্লবদি।

প্রমদ—মপু পানবদি লাইরদনা ঐগী থম্মোইবু হৃবা হৃম্বী কনাগুম্বী অমত্তং ওস্থোক্লা য়ানা থিজরিদা।

যমুনা—অন্নুম য়ুংদা কমচুনা লৈরগা কদাইদগীদি কংগদগেদো খর খোং য়াংথিয়ু কোইথোকপিরকও কংননবা মম্নাম তাম্নসে।

প্রমদ—কনি কনি।

যমুনা—অচুদি ঐ চৎচরগে।

প্রমদ—লেংবিরো। ঐস্থু হোরেপ্প হৃমিদাংয়াই বাবাগী অনাবা হৃংবা লাকচগনি।

যমুনা—লেংওকউ ঐস্থু লৈজরমগে। চৎচরে।

প্রমদ—কনি ঐ থিন্দোকচগে। (তুংথ বাংথ থোকথিবা)

পার্ব্বতি—(মমুংদগী) প্রমদ! নিপামচা! (মতম অসিদা প্রতিমা তুং হন্নাম্নবা য়েংচুনা হন্নানবা থোংথাংদা চংওকই; পার্ব্বতিহ ইমুংদগী থোরকই; প্রতিমাবু কনানো হায়চুনা য়েংচুনা লৈ;)

পার্ব্বতি—ইবেম্মা নহাক কনানো ? (প্রতিমানা য়েংথোরকপা ; প্রতিমাগা পার্ব্বতিগা মিৎকুপ খরদং শংন্নিক য়েংনবা) হায়য়ু, নহাক কনানো? নমিং করি কৌট ?

প্রতিমা—ঐগী ইমিং প্রতিমা কৌজে।

পার্ব্বতি—প্রতিমা !

প্রতিমা- কারিনো, ঐবু খংবিব্রা ?

পার্ব্বতি—নংবু হৌজিক উরিবসিনা ঐগী অহানবনি। অদুবু নংগী নমিংদি হৌজিক ওহাক্কী মমাংদা তাথরে।

প্রতিমা—কনানা হায়দুনা তাবিবগে ?

পার্ব্বতি—হৌজিক্তা প্রকাশ কৌবা পাথং অমনা নংগী থোংগুল লিরক্লম্মী।

প্রতিমা—মকমসিদা প্রকাশ লাক্লম্বা।

পার্ব্বতি—লাক্লম্মী নংগী নমিং পল্লমবু নত্তনা নংগী ব্বারিসু লোয়না লিরগ্রে। (মতমসিদা প্রমদ অমুক চংলকই)

প্রতিমা—অদুদি ঐনা সিদা লাকচবগী মরম...... ...... ?

পার্ব্বতি—খর মথৈদি ভাব তাবা ওগ্রে।

প্রতিমা—অদোম প্রমদ বাবুগী............ ।

পার্ব্বতি—মানি, ঐ মাগী মমান।

প্রমদ - প্রতিমা !

প্রতিমা—দাদা।

প্রমদ—নহাক করাম কুইরগ্রে ?

প্রতিমা—ঐ লাকচবদা ওাইরম্মী। দাদাগা ইচে যমুনাগা থোকথিবদো ঐ উজহৌই ঐনা নাথৈংনা লৈজহৌবনি।

প্রমদ বাবা নরেনগী মনাক্তগী চৎপ্রগা ওরাং নহান্দি কনাগীদা লৈরুই ?

প্রতিমা—লরাই তাম্না চৎলুরে অহল-লমন অমত্তা সমদা লৈরম-দরে। লংকৈদা চৎখরে হায়; অহুনা নোং-নিনি মতম খরদং দাদাগী নাক্তা থুপচগে হায়হুনা লাকচরিবনি।

প্রমদ—লৈয়ু কৈদৌবগে ? যমুনাগী মচিন্দগী নংনা য়ুম থাদোক্তুনা লাকপগী মরমস্থ ঐনা য়াম্না মুন্না নিংথিনা খংলে। মকোক্তগী লোয়বা কাওবা যমুনা য়াম্না নিংথিনা য়ারি তৌরম্লে। যমুনাস্থ নংগীদমক্তা খনবদা য়াম্না মুংঙাইতনা লৈরবনি।

প্রতিমা—অহু দাদানা মুংশিবীহুনা ঐ সিদা মতম খর লৈবিঙৈগী মমুংসিদি ঐ অসিদা লৈ হায়বসি কনা'মতা খংহনবীগনুকো।

প্রমদ—হোয় হোয়। নং চাক ঈশিং চারক্রবরা ?

প্রতিমা—চাদ্রি।

পার্ব্বতি—অহুদি লাও-লাও ইরুজ-মায়থহুনা চাক ঈশিং চান্নবা হোৎনখিশি। ( চংখিবা )

প্রমদ—লাকও প্রতিমা, ইমুংদা চংলসি নংনা লৈনিংলিবমখৈ ঐগীদা অহুম লৈয়ু য়াগনি

প্রতিমা—কনি দাদা।

( প্রমদকা প্রতিমাগা তুংথ মাংথ চংমীয়খিবা )

# মরিশুবা উংপা

## লখী

মফম—সহব মতম—অমুক

( Doctor শ্যামগা-প্রকাশকা কালাগা ভুংথ মাংথ থোরকই কালাগী মখুত্তা টেঙ্কিন কেরিয়ার অমা পায়রি )

প্রকাশ—ডাক্তর বাবু ঐখোয়গী বাবাগী হকচাং অসিবু ··· ··· ।

শ্যাম—প্রকাশ বাবু, Doctor শরংনা হায়রবু বাবাবু মহাক্না য়েংলম্মী হায়।

প্রকাশ—হোয় য়েংলম্মী, মহাক্না out post তা চংখিবদগী ··· বাবুনা অমুক য়েংবিরিবসিনি। Doctor, অনাবগী condition অসিবু ··· ।

শ্যাম—বাবাগী হকচাংদা ঈ হাপচিনবগী য়ায়া দরকার ওইগ্রে অছুবু ওরাং কাওবা বাবাগী ঈ-গা চানবা ঈ অসি কংবা ওমত্রি ঈ অসিবু ফংলবদি বাবাগী হকচাং অসি হেক্তা ফগনি।

প্রকাশ—অছুদি ফংননবা হোৎনবা তারে। ডাক্তর বাবু হৌজিক হোসপিটালদা য়ৌবীরগদবা নত্রা ?

শ্যাম—ওহাক য়াৎচরি। হোরেল পুং মাপল মথাই অরবারি ঐ শোয়দনা লৈজরমগনি।

প্রকাশ—ফনি, অছুদি ঐ আদা লৈজরয়গে।

শ্যাম—লৈবীরম্মো ঐ চৎচরগে ।

প্রকাশ—অম্নম লেংমীম্নরশি। কালা, নং বাজারদা চংলগা হৈ-র্‌া খর লৈরকউ ঐ বাবাগী মনাক্ত চৎলম্নগে।

কালা—কনি ইবুংঙো।

প্রকাশ—Doctor বাবু লেংঙশি। (Doctor শ্যামগা প্রকাশকা চৎখিবা; কালানা মমাই ওন্দুনা চৎকে হেক্ তৌবদা প্রতিমাগা উনবা)

কালা— প্রতিমা।

প্রতিমা— তা-কালা ।

কালা—ঐথোইনা নংগী লৈফম্ থিবসি ক'রি হায়রুগনি—অম্নবু স্নুকথং খংদবাসিবু নহাক কদাইদা কনগীদা লৈরি ?

প্রতিমা—তা-কালা, মীনাই নিপীগী পুন্সিনবু লৈফম্ রাংপা হৌনবরা ? য়ুম অমদা হেক চংলগা মীনাইগী থবক তৌদুনা লৈবা হায়বা সিমঙাইদনা।

কালা—অম্নমা হায়গম্নু প্রতিমা। সত্য, ঐ কনাদম্নু হায়দোকলোই। ঐঙোন্দদি নংগী লৈফম হায়দোকলম্মু।

প্রতিমা—হায়দোকলোইদ্রা তা-কালা ?

কালা—সত্য, হায়দোক্লোইএ।

প্রতিমা—ঐ দাদা প্রমদকীদা লৈ।

কালা—প্রমদ বাবুগীদা ?

প্রতিমা—হোই।

কালা—প্রমদ বাবুনস্নু ঐখোয়দা স্নুকতাক্ তাকতবনিবে।

প্রতিমা—ঐনা হায়দোকপিগনু হায়বা। করে তা কালা নত্তোন্দা য়া অমত্তা হংহৌগে। বাবা, হোসপিটালদা লৈথরে হায়বত্নদি করম তৌরি থর করবরা?

কালা—কবা লৈতে ইবেন্মা। হৌজিক বাবাগী অনাবসে য়াম্না লুনা লৈবে।

প্রতিমা—(নুংশাথিব') করিনো নংনা হায়রিবদো তা কালা অচুম্বরা?

কাল্য—অচুম্বনি প্রতিমা। বাবাগী হকচাং অসি ঈ হাপ্পগী দরকার ওইবে। অদুবু ঙসি কাওবদা বাবাগা চান্নবা ঈ ফংদত্নুনা দযা অমা ওইবি। হৌজিক্তা Doctor শ্যামনা হায়রম্মী। চানবা ঈ বু ফংলবদি বাবাগী অনাবাসে হেক্তা ফগনি হায়রম্মী।

প্রতিমা—(য়াথল তৌবা) বাবাগা চান্নবা ঈ-ফংদে হায়বা। চান্নবা ঈ ফংলবদি বাবাগী অনাবা শোয়দনা ফগনি হায়বা!

কালা- অদুন্না হায় ইবেন্মা।

প্রতিমা—(স্বর মপি শাংনা হোন্দোক্লগা)

খংলে তা কালা। (থুনা য়াংনা চৎথিবা)

কালা—প্রতিমা! আই, চৎথ্রেনেই। অনাবগী য়ারি শারিঙৈদা ঐগী লম্নাই য়ারিদি শাবা ফংহৌরবা! কৈ হোরেল কোয়রুনি।

(চৎথিবা)

# মণ্ডাশুবা উৎপ

## মুম ( নরেনগী )

মফম—মাঙ্গোল                                                                 মতম— অযক

( Doctor শ্যামগা নরেনগা রারি শান্নুনা নৈরম্মী )

শ্যাম—তাইবুঙো হন্দক্তি অমুক মুংঙাইতবা রাখলকা ৎনবীরগনু। অনাবসে অমুক হঞ্জিল্লক্নুনা তোকনিকো।

নরেন—ইবুঙো, মুংঙাইতবা রাখল হায়রবসে ঐনা খনগে হায়রনুনা খনবা নত্তে। ঐগীদি পুন্সিগী লোইনম্নুনা লাক্লবনি, শিবা কাওবা লোইনরগদবনি।

শ্যাম—নত্তে-নত্তে মহুল্লা খনবীরবদি যাববোৎ। মুংঙাইতবা রাখল থাদোকপা হায়বসে ভাইবুঙোগী তৌদবা য়াত্রবনি।

নরেন—করম্না থাদোক্নি Doctor, হৌখিবা পুন্সিগী অহানবা শরুক্তা ঐনা তৌখিবা চাওরবা পাপ অদুগী প্রাৎশ্চিৎ ওসি কাওবা লোইজ্রি। করম্না পুন্সিসিদা মুংঙাইবা রাখল পুরকপা ঙমগনি।

শ্যাম—মহু ফনা ওইহুনমু ঙম্নবা লাক্লবীবা তাই।

নরেন—হোয় ইবুঙোগী Advice তি লৌবা তাই। মরমদি ঐনা অমুক হল্লা হৌগৎচবা ঙম্লক্লিবসি ইবুঙোগী নপান্দগীনি হায়রবা ইল্লাম্বা য়াম্না মুল্লা থংজৈ।

শ্যাম—তাইবুঙো, ভশেংনা হায়রবদা হন্দক তাইবুঙোনা হকচাং করকনা হৌগৎপা ওম্বীরক্লিবসি মুপীমচা লৈশাবুগী অমগী মপান্দগীনি।

নরেন—করি হায়বা ইবুঙো! মুপীমচা অমগী মপান্দগী ঐনা করক্লিবনি হায়বা!

শ্যাম—অচুম্ব'ন তাইবুঙো। তাইবুঙোগী হকচাংগী ঈ-গ' চানবা ঈ ফংওকব্রদা মুপীমচা অমনা লাকনা তাইবুঙোগী মমক্তা মাগী মশাগী ঈ অতু চানত্রা অমুক্তা য়েংবিবু হায়রে। ঈশ্বরগী কৃপাদগী মহাক্কী ঈ অদো তাইবুঙোগী ঈ-গা চানরম্লে। অদুনা মুপীমচা অদুগী মপাম্না তাইবুঙোনা ওসি হৌগৎপিরকপা ওম্লিবনি।

নরেন—ইবুঙো, মুপীমচা অদু কদায়দা লৈবা মচানো, মমিং মথানা করি কৌই হায়রম্বগে?

শ্যাম—(খনবা) মুপীমচাদুগী মমিংদুবু … …। তাইবুঙো মমিংদি কাওথোকখ্রে। রেজিষ্টারদা ইডুনা লৈবমগনি। অদুগা মশক উরবদি মুপীমচাদো ঐনা হেক্তা খংবা ওমগনি।

নরেন—পাপ্না থল্লবা ঐগী হকচাং অসিদা মহাক অদুগী ঈ পিবিদুনা ঐবু কহনবীরম্লিবা পুকচেল চাউবী মুপীমচা অদুবু কনা ওইরিগবা!

শ্যাম—তাইবুঙো, মুপীমচা অদুগী থম্মোইদে অওকপ নি মহাকী ঈ-গী মমল লৌ হায়ববু ঐ "ঈ" য়োনবা লাকপা নংচদে। কাম্নগদবা লৈরবদি মমল য়াওদনা দান তৌবা লাকচবী অম্মা হায়রম্মী।

নরেন—Doctor বাবু, মুপীমচাদো ঐগী পু'সদা অমুক্তং উনবা ক'লবদি মুংঙাইগ্রনিদা। (যমুনা চংলকই) যমুনা, ইবুঙো Doctor গী চা-মুং তৌগ্রবরা ?

যমুনা—তা কালানা তৌহৌরি।

নরেন—প্রকাশ হঙ্গিল্লকত্রিবরা ?

যমুনা—হঙ্গিল্লকত্রি বাবা।

নরেন—নখোয় অনি পুন্না লৈরিংঈদা ইপানা রা অমত্তং হায়নিংবনি। মঃাক লাক্লগা কৌবকউ।

যমুনা—বাবা, ঐ রা অমত্তা হায়জগে।

নরেন—করিনো ?

যমুনা—ঙসি তা কালানা রা অমা তপ্পী, রা অসি নহানমথৈ ঐখোয়দা তম্মমদে

নরেন—করি রানোনে ?

যমুনা—মহাক্লা হায়ববু ইনাও প্রতিমাদো............।

নরেন—যমুনা, মাগী মমিং ঐঙোন্দা তাহনগনু।

যমুনা—নত্তে নত্তে বাবা, বাবানা মাবু শাওগদবগী মরম করিনো মহাক্তি লাগুদবীনি মহাকমুক পুকচেল চাওবী মুপী অসিবু জগৎ অসিদা লৈরমগদরনে ? খল্লুনা য়েংবীয়ু বাবা—বাবা অমদি ঐখোয় খ্বাই পুন্নমক্তী নিংবা কায়দনবা হায়ত্নুনা মশাগী ওইজবা, কায়বা পুন্নমক কংখোক্তুনা য়ুম থাদোক্তুনা চংগ্রিবসিনি।

নরেন—খংল্ল যমুনা, মহাক অত্নু পুকচেল চাওবী নত্তে—নহাক অমদি ঐখোয় খ্বাই পুন্নমক্তী মফমদা লানুথিবত্নুগীদমক্তা

মমায় অহু উৎপা ওমদহুনা মহাক্না য়ুম অসি থাদোক্তুনা চৎখ্রিবনি।

যমুনা—নত্তে-নত্তে বাবা, ইনাও অহুবু অহুক লায়া লৌবীগনু। ঐনা থংডি মহাক লাগ্লদবীনি। মহাকপু মুংশিবীয়ু। মহাকসু ঐগুম্না লাইবকথিবী মচা অমনি।

নরেন— যমুনা।

যমুনা—ভা কালানা হায়ববু মহাক প্রমদ বাবুগীদা লৈ হায়। অহুনা.................।

নরেন—করি! মহাকপু প্রমদকীদা লৈ হায়বা! অহুগী অচা, প্রমদ মহাকসু ইমুং অসিদা থোক্লিবা থৌদোকশিং অসি থংনা থংনা মহাক্না প্রতিমাবু চংজকম পীরিবা?

শ্যাম—তাইবুঙো।

যমুনা—বাবানা মী খুদিংমকপু পংশাওদা শাওরিব'সি করিগীনো? প্রতিমাবু প্রমদবাবুনা চংজকম পিবদা করি অকায়বা লৈবগে প্রমদবাবুগী করি মরালনো?

নরেন—করিগী কায়দনি, করিগী মরাল লৈরোই। নহাক্না প্রকাশকা লুহোংবগী থৌরাং অসিসু মহাক থংলিবনি—প্রতিমানা মরম ওইহুনা লুহোংবসি বেরা-শরা থাংহুনা লৈরি হায়বসু মহাক তারিবনি। পুম্নমক অসি থংনা থংনা. তানা-তানা প্রতিমাবু মাগী মমুমদা থমহুনা ঐগী ইচা প্রকাশকী মপুক্লিং লাংনবা থৌরাংলিবা নত্রা?

যমুনা—বাবা!

নরেন—ঐনা খল্লম্মী মহাক্কী মশক অদু উখিত্রবদি নোংমা নত্রগা নোংমদি ঐগী ইচা প্রকাশকী মপুক্লিং শোয়দনা ওল্লক্কুনা নহাক্কী লুহোংবা পাংথোকপা ঙমগনি হায়না।

শ্যাম - নত্তে নত্তে ভাইবুঙো অনাবা হৌগৎলকপদা অদুম্মা শাওগৎ-পিবা ফত্তে।

নরেন—শে-রা, ঐনা মহাকপু ইচাগুম্মা লুনা-চান্না ভৌবনি, অদুগীসু মথক্কা ঐগী সেবক অমসু ওইরগা প্রমদ মহাক্না ঐগী পুন্সিগী নিংবা কায়নববা শিনবা! খংগনি, লৈরমসনু মহাক মীনাইনুপী প্রতিমা মহাকপু ঐনা প্রমদকীদা লৈহল্লোই; ঐনা চঙ্কুনা হৌজিকমক মহাকপু প্রমদকীদা লৈহন্দনবা শিল্লুগনি (য়াম্মা ফিংনা হৌগৎপা) কালা! কালা! ড্রাইভর লৈত্রা? গাড়ি থৌদোরকউ হায়য়ু। (খুনা-য়াংবা চৎখিবা)

যমুনা—বাবা! (Doctor শ্যামদা) Doctor বাবু, বাবাসি থাম্বা য়াররোই। মহাক্কী মতুং ইন্দুনা ওহাক্তং লেংঙুশি।

শ্যাম—খংত্রেনে, ভাইবুঙোনা অসুক য়াম্মা শাওগনগ্রবসিবু! অনাবা ফরকপদা, লাও লাও চৎলশি।

যমুনা—ফনি, লেংঙশি। (মতমাসদা কালানা ট্রেদা চা কপ তাঃ হাপ্পুনা পুথোরকই)

কালা—ইবেম্মা চা লৈরে।

যমুনা—নং থকহৌরো। বাবাগী মতুং ইন্দুনা প্রমদ বাবুগীদা চত্তবা য়াত্রে। লেংঙশি ডাক্তরবাবু। (Doctor শ্যামগা যমুনা চৎপা হৌবা)

কালা—চা সিতদি!

যমুনা—নং থকহৌরো হায়রবা মক্তদা। (শ্যাম অমশুং যমুনা চৎখিবা)

কালা—করিনোনে তৌরিবশিবু! (চ'-দা য়েংলগা) পুম্নমক অশিবু ঐনা লোযনা ওম্বা ভাবরা! পাম্মুই—লোয়না থকতোক্তে। (চা-মরামচু টেবীলদা থম্নগা থকপা হৌই; মতমসিদা প্রকাশ চংলকই।

প্রকাশ—তা কালা করিনো তৌরিবহৃদি?

কালা—চা থক্লিবা।

প্রকাশ—অদুক য়াম্বা চা-হুবু নতোমতনা………… …।

কালা—ইবুঙ্গো, দথানমি ঐনা লোইনা ওমশিনবা তারে। ওমশিনবসিদা ইবুঙোস্বু অমত্তা য়াওবিয়ুবা।

প্রকাশ হোয় হেয় য়ারগা ঐস্বু অমা থকপিগে। (চা-কপ অমা লৌহুনা থকপা) নত্তে তৌরিবসিবু করি মতৌনো?

কালা—সিনি ইবুঙো—চা লোম্নমদাইদদি বাবানে, ডাক্তর শ্যামনে, ইবেম্মা যমুনানে, ঐনে ঐখোয মরি শুরম্মী—চা লোন্নবা লোয়ব মতমদদি ইতোমতা ওাইহৌরে। অদুননি।

প্রকাশ—মখোয়দি কদায়দা চৎথ্রবা?

কালা—প্রমদ বাবুগীদা চৎথ্রবা?

প্রকাশ- করিগী?

কালা—মখেয়দা প্রতিমা লৈ হায় ঐস্তু ইমুংদা লৈহুনা অদুক মুন্নদি তাহৌদ্রে। বাবানা লাও-খোংহুনা চৈ থাংবা থরদি তাহৌই। (মতমসিদা বিহারী চংলকই)

বিহারী—কালা!

কালা—খুড়া চ'লকউ।

বিহারী—নচল প্রতিমা লৈবরা?

কালা—প্রতিমাদি সিদা লৈত্রে · অা প্রমদ বাধুখোয়দা লৈখরে খুড়া!

বিহারী—করিনো হায়রিবন্থবু?

কালা—সিনিদনা খুড়া মীওইবগী ঠিকানা অরেপ্পা লৈবরা? ঙসিনা সিদা হয়েংনা আদা।

বিহারী—ইবুঙো প্রকাশ, প্রমদ হায়রিবসিবু কনানো? কদায়রাইদা লৈবনো?

প্রকাশ—ঐগা লেংঙশি খুড়া। ঐগী ইতুং ইনবীরকউ।

(প্রকাশনা মাং থাডুনা বিহারী চংখিবা)

কালা—অমা লাকই অমা চংখি। য়ুমসিদা ইতোমত্তা ঙাইহৌরবা! কান্নদে; চা অসি ওকপু ওকত্রে-কেটলিদা য়াংরিবতুশু লোয়না থককোলুগে। (চা-গী ট্রে পায়তুনা চংখিবা)

---

# ৬ শুবা ডংপা

(য়ুম প্রমদকী ভারাদা লৈবা)

মফম ঃ—মাঙ্গোল মতম : — অয়ুক

(প্রমদ লাইরিক অমা পাডুনা লৈরম্মী; প্রতিমা মপাল-রোমদগী চংঙকই)

প্রমদ - কদায়দা চংলুই প্রতিমা?

প্রতিমা—অয়ুম চংথোকলুবনি দাদা। দাদা রা অমত্তা হংগে।

প্রমদ—করিনো?

প্রতিমা—বাবা নরেনবু খর ফরে হায়বরা ?

প্রমদ—ফরম্নাদ্রে। হৌরাং হোস্পিটালদগী পুম্নরক্তে হায়। বাবানা হন্দক নাবা ফরকপসে অঙক্কপা মওং মতৌনি; হায়বদি খুড়াইবুঙোগী হকচাংগী ঈ-গা চান্নবা ঈ ফংঙ্গবদা মশক্ খংদবী মুপীমচা অমনা মশাগী ঈ দান তৌরম্মদ্রী ফবনি হায়।

প্রতিমা—দাদা, ওসি কাওবদা ঐনা দাদাখোয়দা হায়দোক্লব ন। বাবা নরেনগী মশাদা ঈ পিরম্বা মুপীমচাদো ঐনি।

প্রমদ—করি হায়বা প্রতিমা ?

প্রতিমা—অচুম্বনি দাদা।

প্রমদ—( হরাওনা ) ইমা! ইমা! ( পার্ব্বতি ইমুংদগী থোরকই )

পার্ব্বতি—করি হায়বগে ?

প্রমদ—ইমা নং রা অমা তাববরা ?

পার্ব্বতি—করি রানোনে ?

প্রমদ—খুড়াইবুঙো নরেননা হন্দক নাবদগী ফরক্লিবসি কনাগী মপালদগীনো খংলবরা ইমা ?

পার্ব্বতি—কুরিকীনো নংনা হংলিরদবু ?

প্রমদ—হায়দা হায়য়ু।

পার্ব্বতি—ঈশ্বরগী থৌজালদগীনিদনা।

প্রমদ—মচুদি মী পুম্নমক্লা হায়নবা রাইহেনি। অদুগা তশেংবদি প্রতিমাগী মপালনা খুড়াইবুঙোনা ফরকপনি।

পার্ব্বতি—( অঙকল্লা অমসুং হরাওবগা লোয়ননা ) প্রতিমাগী মপালদগীনি হায়বা!

প্রমদ—মানি ইমা। খুড়াইবুঙোগী হকচাংদা ঈ-গী দরকার ওইরক্লবদা চান্নবা ঈ কংক্রবদা প্রতিমানা মাগী মশাদগী ঈ পিবদগী খুড়াইবুঙোনা করক্লিবনি।

পার্ব্বতি—( অপেনবা হরাওবগা লোইননা ) হায়রিবসি অচুম্বা প্রতিমা ?

প্রতিমা—অচুম্বনি ইমা ইবেম্মা।

পার্ব্বতি—প্রতিমা, নহাক অসিবু ঐনা হেক উবা মুমিক্তা ঐগী পুক্লিংদা খনখি মচুদি নহাক অচম্বী মুপীমচা অমা ওই-রম্মোই হায়মা। মী অমগী পুন্সি হিংননবগীদমক্তা ইশাগী ঈ দান তৌবা হায়বসে মচুদগী হেনবা অথোইবা ধর্ম্ম অমুক লৈত্রবনি। নহাকপু পোকপী মমা অচুনা নহানমুক্কী মপোক্কা কয়ামুক কর্ম্ম করক্নুনা নহাকুম্বী মচাবু কংজরিবা! নহাক নহাকপু হেক উবা মুংিক্তা ঐগী থম্মোহসিদা। হায়-ওমক্রবা মুংশিবা অমা পোকখি। প্রাতমা, নহালমুক্কী মপোক্কা নংগা ঐগা করি মরি লৈনখিবনো খঙদে নং অসে ঐনা হেক পোকচবা ইচাগুম্মা নিংঙিদো।

প্রতিমা—ইমা ইবেম্মা, ঐনসু নহাকপু হেক উজবদা ঐবু পোকপী ইমা অদো অসুম তৌরিগক্রা হায়না পুক্লিং অসিদা খঙেদো। নহাক্লা ঐবু নচাদা মচাগুম্মা লুনা-চান্না তৌবীবসি উবদা ঐগী ইমাচুনা অসুম হায়না তৌবীরমগক্রা হায়না পুক্লিং অসিদা খল্দবা ওমজদে।

পার্ব্বতি—মংগী নপাল্দগী নথোরগী বাবা নয়েন্না করকপসি ঐগী কমাক্লা মুংঙাইজবনো। নহাক অসিনা ঐনা হেক পোকচবা

ইচা ওইরম্লবদি ঐগী অপেনবগী ওমখৈ অমুক লৈরম্মোইদবনি।

প্রতিমা—অচুবু ইমা ইবেম্মা ঐনদি লাইবকথিবী অমা ওইবনা নহাক্কী নচা ওইনা পোকচরমজ্রেদো।

পার্ব্বতি -( মোমোন নোক্তুনা ) অচুবু প্রতিমা, ওসি ইচাশক্লা নংবু লৈমীন্নবা ফংলবসিস্নু ঐগী লাইবক ফবা মখল অমনি। লাও-লাও, ইমা ইচা চাক ঈশিং থোংনবা হোৎনরুরসি।

(পার্ব্বতি, প্রতিমা ইমুংদা চংখিবা)

প্রমদ - ইমা, চাক ঈশিংদো খর তপ্পা হোৎনরবস্নু য়াগনি, ঐ খল্প থেংনা চৎকনি। ( প্রমদ লাইবিক য়েংদুনা লৈ ; মতমসিদা নরেন ৱাম্না শাওনা চৈশু অমা পায়রদুনা চংওকই )

নরেন—প্রমদ !

প্রমদ—খুড়াইবুঙো ! (কল্মম্বদগী হৌগৎপা) চেয়ারলোমদা লেংশিন-বীরকউ

নরেন—ঐ ফম্লোই ; ঐ নঙোন্দা ৱা খর হায়নিংদুনা লাকপনি।

প্রমদ—তাকপিমু করি ওইরবনো ?

নরেন—প্রমদ, নহ কুপ্বা মীশক অমনা ঐগী পুন্সিদা মুংও ইরোইদবা থবক তৌরকনি হায়বসি ঐনা থাজরমদে। অচুবু লাম্লে ঐগী ৱাখল।

প্রমদ—তাকপিরিবদু ঐ করিমত্তা ভাব ভাবা ওমজদ্রে। খুড়া-ইবুঙোগী পুক্লিং মুংঙাইরোইদবা করম্বা থবক ঐনা তৌশি[illegible] ৱাওরবগে ?

নরেন—যমুনাগা, প্রকাশকা লুহোংবগী ৱাফমসিদা নংঙাওনা [illegible] শিল্লিবা করিগীনো ?

প্রমদ— যমুনাগা, প্রকাশকা লুহোংবা !

নরেন—মানি ; যমুনাগা প্রকাশকা লুহোংবগী মরি অসিদা নংগী প্রতিমা হায়রিবদুনা কায়মনবগী মরু অমা ওইরগে। মরম অসি থংনরকপদগী ইকাইবা অমদি মায়থিবদু মায়োক্নবা ওম্মক্ত্রদুনা প্রতিমা হায়বিদু ঐগী য়ুমদগী লোয়া চেনখ্রবনি। ঐবা খল্লম্মী মহাক অদুনা চৎখ্রবদি, মাগী মশক অদু উথিদ্রবদি নোংমা নত্রগা নোংমদি প্রকাশকী মপুংচেল ওল্লকনি, মপা ঐনা হায়বা ইন্দুনা মহাক্লা যমুনাবু লুহোংহনা লৌগনি হায়রনা। ( মতমাসদা Doctor শ্যাম, যমুনা চংলকই ) অদুবু অদুগুম্বী ৎৌনখ'দবী, পুকচেল লপক্লবী প্রতিমাবু নংনা চংজকম পিদুনা ঐগী নিংবা কাযনবগী মচাক অমা ওইরি। প্রমদ, নংমক্লা ঐগী নিংঙকপা লম্বীদা য়েথায থিঙ্গাবা ওই-রকনি হায়বসি মদা ফাওবা খল্লংদে।

প্রমদ—খুড়াইবুঙোগী অনিংবদু থুগাইবগে হায়বগী মওংদা in'ent onally ঐনা প্রতিমাবু ঐগীদা লৈহনবা নৎচদে। হন্দক্তী রাকম অসিগী মরিদা প্রতিমা অমদি যমুনাগী মকমদগী হৌবদগী লোয়বা ফাওবা তাজরে পুম্নমক লোয়না চুম্মী অরানবা অমত্তা য়াওদে।

নরেন—করি হায়বা প্রমদ ?

প্রমদ—অদুগীসু মথক্তা চংজকম লৈজখ্রবী জুপীমচা অমনা চংজকম নিংবদা চংজকম পিরোইজ্রনে ? ( মতম অসিদা প্রকাশনা মা,, থাদুনা বিহাঁয়ী চংলকই )

নরেন—প্রমদ, নংনা প্রতিমাবু চংজকম পিবদা ঐগী ঋিংবা ভম্নগী অধিকাব লৈতে। অদুবু প্রমদ, My request is that ঐনা নংগী নকমদা হায়জরি—প্রতিমাবু নংগী মনাক্তা থমদুনা ইপাগী নিংবসে কায়হনগনু প্রতিমা নংগী নচল মস্তে, মচা নত্তে মংবু নংগী মন ক্তগী ভাম্বোকখো।

প্রকাশ—বাবা!

নরেন— শাওনা ) নং অসিদা করি তৌবা লাক্লিবনো ? নহাক প্রতিমাগী খোংগুল লিবক্লিবনি নত্রা ?

যমুনা—বাবা।

নরেন—ঐ অসি নংবু পোকপা মপামক নত্রবসু নহাকপু ঈ-মতুমদগী চাওনমব রোক্লকপা, নংবু ইচাশক্তা শেমজরকপা মপা অমা নত্রা ? ঐনা হায়বসি মং ইম্নবোই হায়রিববা ? নংবু আ-য়োম নহে-মশিন তমহল্লকপগী মইহদি হায়বা ইন্দবা মচা অমা ওইগ্নবগীদমক্তবা ? হা নে—থুম্মুনে। মস্তে, ঐনা শিল্পী-লাংভিবা খৌরাংশিং অসিবু নংগী ফত্তমুবরনে ? খংভু, মচাশিংগী অক-মুভাই রাখলদা লুপ্পবা মমা-মপা ওইবগী থম্মোইনি।

প্রকাশ—মচাশিংগী অনিভবা কাবহম্মুনা পুক্তিচুপ্পা কপ্পনবা শিমবসিবু মচাশিংগী অক মুংভাই রাখলদা লুপ্পবা মমা মপা ওইবগী মথৌরা ?

নরেন—অদুদি অহল-লমনগী য়াথং হিক্তোকপা, হায়বা ইন্দবা হায়বসি মচাশিংগী তৌফম থোকপা মথৌরা ?

প্রকাশ—অহল লমনগী য়াথং অদো ইনবদা কবরা কত্তবরা [illegible]

অফ-ফম খনবা ওবগী পাঙ্গল চপ চানা লৈরবা মচাশিংগী মফমদদি ফরগা ইনবা ফত্রগা তোকপগী অধিকার চপ চানা লৈরব'ন।

নরেন—অদুদি নংগী রাসিদি থক খা খাম্নরুবগী করিশু মমল লৈত্রেদনা।

বিহারী—তাইবুঙো।

নরেন—( শাওনা ) বিহারী, পূম্নমক অসে নংনা থোকহল্লিবা ওাক্তনি। ঐগী পুন্সিগী অথোইবা য়েন্নবদি নংনি।

বিহারী—তাইবুঙো।

নরেন—মহাক্না হৌরকফম থংদবী জাৎ নাইদবী মচা অমা ঐগীদা থমজিনবীরমতুনা ঐগী মতম কুইনদগী নিংজরকপা আশা পূম্নমক কায়ৎিবা নত্রা? ( মতম অসিদা প্রতিমা ট্রে অমদা চা কপ মঙা হাপ্তুনা পুংোরকই )

বিহারী—তাইবুঙো, ঐনা লাল্লমম ওইরম্বা য়াই অদুবু অমুক্তা শাওবীখিন্নু। অমুক্তা মুপীমচা প্রতিমাবু কৌথোকচরগা মাগী মরা মপাও হংজখিগে, মহাক্না লাল্লম্বা থোক্লবদি ঐ অসি মপানি ঐনা মাবু ফু-ৈহুনা রারকচনি।

প্রতিমা—( প্রমদতা ) দাদ অসিবু ·……। ( শ্যামনা প্রতিমাবু মুন্ন্যা য়েংবা )

প্রধন—মবৎ মথং পিয়ুদনা। ( মী থুদিংমক্তা প্রতিমাদা মিৎয়েং অমত্তা ওইনা য়েংশিনবা; প্রতিমানা মথং মথং ওইনা চা পিবা; ইরোম লোম্নবদা নরেনগী মনাক্তা চংশিল্লকুল্লা )

প্রতিমা—বাবা, চা।

নরেননা—( শাওনা ) চা! হা-হা-হা নংগুম্বী পু-পাং মশক খংদবী, হৌন-লোনচৎ খংদবী, জাৎ নাইদবী মচা মংনা পায়বা পোৎপু ঐ চাগঙ্গা, থকদরা? পুথোকখো থকনিংদে। ( নরেননা মখুৎনা শাওনা ইস্তোকপদা প্রতিমাগী মখুত্তগী চা-কপ লৈপাক্কা তাতুনা কায়বা ) (প্রতিমা হিক্ক হিক্ক কপ্পী) তোবীমল মশক খংদবী, শা-গী লিচৎ চৎপী নহাক্কা নংগী নমায় অছু উৎতুনা ঐগী ইমাংদা লেপ্পরিবসে—নংবু ওস্থু ওস্মীনে। চৎখ্রো চৎলো—নশক অছু য়েংনিংদে।

শ্যাম—তাইবুঙো, করিনো হায়বিরিবদো। নুপী মচা অসিদি মাওগী পুকচেল চাওবীদি জগত্তা অতাংবনিনা।

নরেন—ডাক্তর!

শ্যাম খংবিদ্রা? তাইবুঙোগীদমক্তা ঈ দান তৌরম্বা নিপীমচা অদো মহাক অসিনি।

নরেন—( অওকপগা লোইননা রাখল হুংবংনখিবা ) করি! মহাক অসিনা ঐগীদমক্তা ঈ দান তৌরম্বা! ঐগী থরাইবু মহাক্না পিবীরম্বা!

( মতম অসিদা পার্ব্বতি ইমুংদগী থোরকই; নরেনবু উবদা পিগী-ইরা চেপ্পি। নরেননা পার্ব্বতিবু উরকপা—নরেন মংলা তাইবংলা খংখিদ্রে)

কনানো? ওসি ঐগী ইমাংদা লেপ্পরিবী অসি কনানো? প্রমদ, কনানো মহাক অসে? ঐবু মংলা! তাইবংলা!

প্রমদ—ঐগী ইমানি।

নরেন—নংগী নমা! মমিং করি কৌই?

( পার্ব্বতি না মচেৎ অমত্তা ঙাংদনা পি চহুম্ চহুম্ শিন্থহনা নরেনবু য়েংজহনা লৈ) হায়য়ু প্রমদ, নমাগী মমিং পার্ব্বতি কৌই —নত্রা ?

পার্ব্বতি—(কপ্ণুনা নরেনগী মখোঃ তম্না হোংচিল্লকই) মানি— নহাক্কী লাইবকথিবী পার্ব্বতিনি ইবুঙো। (নরেনগী মখো.দা তুরবা)

নরেন—পারু, পাপী ঐগী খোং শোকনু—নংগুম্বী সতী অমনা পাপী ঐগী খোং পায়বা মতিক চাদে, নহাক ঐবু তুকচদর' ?

পার্ব্বতি—নত্তে নত্তে, ননাইনুপীদা অহুম্না তাকপিবা হৌনদে। ঙসি ইবুঙোবু অমুক হন্না কংজরবসিনা ঐগী অপেনবা ওইজর-বনি। শাংলবা মতম চহি কয়ামরুম কায়নরুবগী মৈচাক অদো—ঙসি মিৎনা কুপ্পদা কোকখরে।

প্রমদ—করিনো—ঙসি ঐগী মিৎতা উরিবসিবু! তারিবসিনা করিনো ?

পার্ব্বতি—প্রমদ, ইমাগী ইবুঙো, অমুক কুইবসে ইমানা নংগী নকমদা লোৎতুনা থম্মকপনি। নমাংদা লেপলিবা মহাক অসে নংবু পোকপা নপানিনে।

প্রমদ—(তরংদা) করিনো ঙসি ঐনা তারিবসে। মী থুদিংমক্তা ইকাইথুম্নকমগী মশক ওইরবা রিডায়াইর্ড সেসন জজ নরেন, ঐবু পোকপা ইপা! অহুগা অমুক কুইবা শাংলবা মতম অসি মপা মশক থংদবা পিতৎ-পাতৎপা মচা অমগুম লৈরম্লিবা!

নরেন প্রমদ, ইপাগী ইবুঙো লাও ইপাগী নাক্তা চংওকউ লাও। নখোয় পুন্নবক্কী মকমদা নমথাক্ তৌখিবা অহুগী পাপনা

চাক্লবা ঐগী থম্মোই অসে নংবু ইথাদা অমুকং চেৎনা কোনজরগা ইংবরা য়েংগে। লাওনে প্রমদ, ইরাঙনা ইপোং কারবা নপা ঐবু নংনা ভাকপিবা তম্নরোইদরা ? লাও, চাক্লবা থম্মোইসে অমুক্তা ইংহল্লুগবা !

প্রমদ—(থম্মোইকায়বা খোম্থোক্লা কপতুনা) বাবা !

(চেনশিল্লকুনা নরেনদা কোল্লি)

নরেন—ইপাগী প্রমদ। ( মচাবু চেৎনা কোল্লি )

বিহারী—ইবেম্মা পার্ব্বতি, নং ইবুংবু কাওরবরা ?

পার্ব্বতি—(নিংশিংবা) ঐগী পুন্সিদা............।

বিহারী—নোংমা উথি। হুম্নিৎ অত্তুদা চহি অনিদা ভাইন্নিবী— নংগী নচাহুপীবু পুতুনা চৎখিবা বিহারী হায়বদো ঐনি— ঐবু কাওরবরনে ?

পার্ব্বতি—কাওদে নিংশিংলক্লে। তাদা, ঐগী মরাইবকথিরবী ইচা অদো গুসি ফাওবা নংগী নমাক্তা লৈরিবরা ?

বিহারী—লৈরি ইবেম্মা, লৈরি।

পার্ব্বতি—লৈরি হায়বা ! অহুদি তাদা, ইচা অদো লাইবকথিবী মমা ঐগী ইকমদা শিল্লবীরো তাদা।

বিহারী—শিল্লগনি, হৌজিকমক শিল্লগনি।

( প্রতিমাগী মনাকা চংশিল্লগা প্রতিমাগী খুজেং পায়তুনা ) মতু শোল্লবা চেক্লাগুম কনাম্নু লৈত্তম্নবী অমগী পান্দমগুম মতু ইপোন্‌ পোননা লৈন্নিবী মহাক অসে ইবেম্মগী নচা অহুনি।

পার্ব্বতি—করি হায়বা তাদা, প্রতিমাবু ঐগী ইচা !

বিহারী—প্রতিমা, মহাক অসে নংবু পোকপী নমানি।

পার্ব্বতি—প্রতিমা, ইমাগী ইবেম্মা।

প্রতিমা—ইমা! (মমা মচা চেৎনা কোম্নবা)

নরেন—( হরাওনা ) বিহারী!

বিহারী—তাইবুংঙো!

পার্ব্বতি—ইমাগী ইবেম্মা, লাও নংবু পোকপা বাবাদা ইমা নংবু শিন্নগে লাও।

নরেন—প্রতিমা, ইপাগী ইবেম্মা লাও, ইপাগী নাক্তা চংলকউ লাও। ইপানা নংগী নকমদা য়াম্লা লানখরে। ইপাবু অরোইবা ওইনা ইরাল পুম্বা ঙাকপিদুনা চাক্লবা থম্মোয়সে অমুক্তা ইংহল্লু।

প্রতিমা—বাবা! (কপ্তুনা নবেন্দা কোল্লি)

নরেন—ইপাগী ইবেম্মা। (প্রতিমাবু চেৎনা কোল্লি)

নখোয় নচিন নৌপা অনিমকপু ইপানা হেক উখিবা সুমিত্তা ইপাগী থম্মোয়দা চিংনবা পোকখি। অদুবু ইকাইবা অমদি মাইথিবনা কুপখিবনা চিংনবা কোক্লনবা থবক পাইখৎপা ঙমখিদে। মতম অদুদা ঐনা থনখি ঐগী ঈবু ঐনা মশক খংদবা হৌনবয়া?

পার্ব্বতি—প্রমদ, নংগী নচল কংলেদনা?

প্রমদ—প্রতিমা!

প্রতিমা—দাদা। (চংশিন্দুনা প্রমদকী থবাক্তা মকোকনা ঙাথজবা)

নরেন—ঙসি ঐগী পাপকী প্রইশ্চিৎ মপুং কারে। বিহারী, ইবুঙো শ্যাম নখোয় খুাইগী মপালদগী কায়রবা ঐগী য়ুব অলুক হন্না তাইশিনবা ঙমজরে। ঐগী য়ুমদা পাংথোকদৌরিবা

